করামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী

# জারুল্লাহ

( মণিপুরী মুসলিম/পাঙন খুন্নাইগী ফংঙা ৱারী )

অহানবা শরুক




লিবর্টি পব্লিশিং কোর্পোরেসন.
ইম্ফাল ( মণিপুর )

"JARULLAH" a collection folk-tales from the Manipuri Muslim (Pangan) : compiled by— Kayamuddin Pukhrimayum.

★ অকোঙবা : বিঃ জেঃ পুখ্রীময়ুমনা লিবর্টি পব্লিশিং কোর্পোরেসন, ইম্ফালগীদমক কোঙবা।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী তেংবাঙগা লোয়ননা কোঙবা।




★ মঙানবা থূংনম : মার্চ, ১৯৮৩ ইং
★ লৈরিকশীং : ১০০০
★ মমল :

★ মথুম য়েকপা : সলাম আর্টস, মসজিড রোড, ইম্ফাল।
★ য়েক শাবা : এন, মঙ্গি সিংহ এণ্ড সন্স, কৈশামথোং ইম্ফাল।

---

ছাপা নম্ফম : কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী লিবর্টি পব্লিশিং কোর্পোরেসন, ইম্ফালগীদমক মনোরমা প্রিন্টিং প্রেস, উরিপোক থংজাই ব্রহ্মাপুর, ইম্ফালদা থম্মা।

পাঙন খুন্নাইগী তোপ-তোম্না
কুঙ্গা ৱারীশিংবু পুথোকপীরম্না
লোশিং চাউরবা অহল লম্মনশিং
নিংশীং খুদোল তম্নবনি থ্বায়-মক্তা
ঐগী — "জারুল্লাহ" !

কয়াম্মুদিন পুখ্রীময়ুম

# হাজনিংবা বারোল খরা

“জারুল্লাহ” হায়বা মণিপুরী মুসলিম (পাঙন) শিংগী ওইবা তোপ-তে'প্পা মওংগী ফুঙ্গা বারীসি পাঙন অহল-লম্মনশিং-দগী খোমজিন্নহুনা “মালেম” চেক্কোঙদা মথং-মথং ওইনা কোঙবীগ্রবনি। হন্দক লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবা থৌরাং-জবসিদা হামগী বাহৈ-বাতাদগী খরা শেমদোক-শেমজিন তৌজরে।

পাঙনশিংগী থম্মোয়, বাখল তোঙাম্না লৈষ্ফনখিবা নত্রে। অহল-লম্মনশিংনা য়াম্না চেকশীন্না ফুঙ্গা বারীগী মশক খরা তোঙাম্না থম্মীবম্মী। বারী লীনবা হৌরকপা মতমদি— মুসলিম (পাঙন) শিংনা মণিপুরদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবা হৌরকপা মতমদগী ডুংথ-মাঙখা লীথাং-শীথনা বুদ্ধি-লৌশিং চাউগ্রবা অহল-লম্মনশিংদুনা মতম মতমগী ওইনা থোক্লকপা থোদোক রাথোকশিংগা চান্না য়াম্না হৈ-শিংনা মচা-মশূশিংবু ফুঙ্গা নাক্তা চাক-ছাইবা ওইনা লীদুনা, তাহল্লম্বদগী অসুম অসুম চৌম্থাং তৈয়না শন্দোকখিদুনা লীনরকপদগী ওসি কাওবা লীনরক্তি।

নিংশীংজনিংবা বাকমদি— “জারুল্লাহ মেক্কল্লাহ” মখোয় অনীমকসি পাঙনশিংগী মফমদদি থোইদোক্লা ওকচারবা পোকদবা মিং নত্রে। মখোয় অনীমকসি ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা শরুক্তা য়ং-য়ং লাউনা মমিং চংগ্রবনি। মখোয় (হুপা) অনীমক্তা শাম্নরম্বা থোক, কাগি অমদি ফিক্রৌনচিংবা খুদিংমক মণিপুরী পাঙনশিংগী থম্মোয়দা মমি তাহল্লম্লবনি। মখোয়গী মপান নাইত্রবা পাইরক্কী লৌশিংশিং অদুবু মাঙহল্লনিংদবদগী— ঐহাক্তা

অস্তাং ওইরিবৈদা তাখি থেংনখিবা রারীশিংগী মরক্তগী ঐগী রাখলদা পকহৌবা মশক খরা লৌখৎচরগা চান্ন-চুনগদবা মওং য়েংলনা স্তপ্নগী রারী পরীং অমতদা —"জাকল্লাহ" হায়না মিংথোন্দুনা লাইরিক মচা অমা ওইনা ইথোকচবনি। মরম অমনা— "জাকুল্লাহ" অমস্তুং "মেহরুল্লা" মখোয় অনীখক্কী ওইবা অশেংবা থৌদোকশিংদি হন্দক্কী অহানবা শরুক্কী লাইরিক অসিদা হাপচবা ওমজহৌদ্রে। মথংগী অনীশুবা শরুক্তা হাপ্পনবা থৌরাংজরি।

অরোইবদা পঙ্গনিংবদি—রারীশিং অসিবু ঐদোম্দা হান্না লৌদুনা তাহনবীখিবা মীশকশিংদি— ১! ঐবু পোকপা – মুহম্মদ তোম্বা, ২। ঐগী খুরা –মুহম্মদ থম্বৌ, কৈরাও মাক্লিং, মেজোর ইংখোল অমস্তুং ৩। লৈখিত্রবা মুহম্মদ সারক, কৈরাও মাক্লিং। মখোয়গী মপান্দগী ঐহাক্না লাইরিক অসিবু ইজখিবনি। ইরমমমগী সংস্কৃতি অমস্তুং ইমালোনগী সাহিত্য চাউখৎহনবদা ঐখোয় পাঙনশিংগীস্ত চাউরবা থৌদাং দরকার ওই হায়বগী রাখলগা লোইননা ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্বা লন ফুঙ্গা রারীশিংবু পুথোকচবনি। "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী" নস্ত চৎলিবা চহীগী পব্লিকেসন গ্রান্ট পীবীদুনা ফোংদোকপদা চাউরবা তেংবাঙ পীবীবগীদমক একাদমীবু ইশামক অমস্তুং পাঙন সমাজগী মায়কৈদগী তৌবীমল খঙবা ফোংদোকচরি।

কৈরাও মেজোর ইংখোল
মার্চ ৪, ইং ১৯৮৭

কয়ামুদ্দিন পুত্রীমযুম

জারুল্লাহ

## ॥১॥ ইম্ফালদা কাবা

মশাঙ্গীনা মমাঙউঙ্দা খুঙ্গং অমদা 'জারুল্লাহ' কৌবা য়াম্না লৌশিং-শিংবা, থোক-হৈবা, লায়রবা নুপা অমা লৈরম্মী। মতম অদুবাইদদি খুঙ্গংদা লৈবা মীওইশিংসি ইম্ফালদা কাদুনা, লংফৈ চংতুনা শেল-থুম তানবসি চংনরমদে। অদুবু, জারুল্লাহদি মাগী ইমুংগী লৈত-লায়রগী অৱাবা পোংলুমদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা হিংননবা উপায় থিরকপদা লোন্না ময়ুম থাদোক্লমদুনা অসুম লাকপদা ইম্ফাল সহর য়ৌরক্লে। মীওই-বগী লাইবকপু তম্বা ঙম্বরা? তাঞ্জা হেক চারুদুনা জারুল্লাহদু থবক শুকম মকম অমা থেংনবদে মখুক্তা শেল-থুম নিংগীনা পায়রে। শেল ময়ামদু ফংবদগী মতু মচাশিংদু উনিংলক্কুনা নোংমদি মহাক ময়ুমদা হল্লকলে।

ময়ুম য়ৌরমদাই লম্বীদা জারুল্লাহনা করিগুম্বা ৱাফম অমা খঙনাং-নিংশীংলকই "... ...ঐনা ইম্ফালদগী লৈরক্লিবা ইতু-ইচাশিংগী ফিরোলনচিংবা পোৎ-চৈশিং অসি উরগা

মখোয় পূম্নমক শোয়দনা হরাউজরগনি। অদুবু, য়াম্না লুবা রাফম অমদি ঐহাক কাউথোক্লমে। হোরেল শোয়দনা ঐ চোপ্পা তাখে। করম তৌগনিসিদে॥” অসি খন্ন-খন্না শোরোক্কী নাকন্দা চূবা মেৎতুনা ফমগখে। জারুল্লাহনা খল্লি—“লরায়দা লৈবা ঐখোয়দি ইম্ফাল কাবা হায়বসি পুন্সিদা য়াম্না তাওনা থোকপনি। কনাগুম্বদি মপুন্সিদা ইম্ফাল সহর হায়বদু কমদোবনো। হায়বসি খঙদনা অমুক ফাওবা ইম্ফাল কাহৌদনা মপুন্সি লোমখিবনা কোঙ্গায়নি। ঐতবু লাইবক ফবদগী ইম্ফাল সহরদা থা ৩/৪ চুপ্পা লৈদুনা শেল তাল্লুরিবনি। খ্বায়দগী লুরিবদি ‘ইম্ফালদা লৈবা মণিপুর মহারাজগী কোন্নুং অময়ুং নিংথৌ অদুগী মশক খঙলক-উরক্লুবনিকো ? হোরেল য়ুম য়োরগা ইতু ইচাশিংনা অমদি কৈরোই লৈকাইগী ইমান্ন-বশিংনা ঐবু য়োমশিন্দুনা, ইম্ফালদা থা ৩/৪ লৈরুবদি ইম্ফাল হায়বদু করম ওৌই, মী কয়া য়াম্না তিল্লি ? নিংথৌগী কোন্নুং অময়ুং নিংথৌ অদুদি মশক উরকপ্রা হায়না করিগুম্বা হংলকপা থোক্লবদি ইসঃ ঐদি করিনো খুমগদবা ?? ঐহাক্তি নুমিৎ চুপ্পা থবক শূ-নোমদুনতা লৈরম্বনা মফম অতৈদদি ইচৎ-চথোক্লমদ্রে। ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈবা য়েংবা য়াবা করিগুম্ব? অমতা য়েংলকপা নংদবমখৈ ইখুত্তা শেল খরসি হেক ফংবগা ইতূ-ইচা রারল্লগনি হায়বগী রাথলদা য়ুম য়োনীংমনখ্রদুনা হেক্তা হল্লকলেদো। ঐবু হৌজিক

অমুক হন্দুনা ইন্ফালদা চংলগা কোনুং অমসুং নিংথৌদু য়েংলুখিবা তারিব্রনে ? ইসঃ অমুক ৱানা লাক্লগবু.........!!

অসুম্না মপূক্লিংদা মওল-মওল খন্দুনা ৱাখল তৌরিঙৈদা মমাঙদা মকোয়-মরাং চোম্বা, মখুৎ নাম্মনা মালা, নাম্মনা চৈশু পায়বা সাধু অমা ইখং-খণ্ডহৌদনা মফম অদুদা লাক্লম্মী। সাধু অদুনা জারুল্লাহদা য়েংলগা লাউরকই— "হাই নুপা ! নঙনা য়াম্না নথ্বায় ৱানা নীংলিবা মরম অদু থুংজগে হায়রবদি —য়েংঙোই নমাঙদা লাকপা নুপা অমদা লৈতুম অমনা তোপ হেক্তা থাও !" সাধুগী ৱাহৈদু তাবদৈ জারুল্লাহদু ফন্নম্বদগী ফুক হৌগৎখিদুনা হরাউবা অমগা লোইননা লৈতুম অমা খুল্লগা থোকঅবা অমা লাকচনি খন্দুনা সাধু অদুদা তোপ লাউনা থারম্মী।

সাধু অদু লৈতুম্না হেক পানবদগী য়াম্না শাউনা জারুল্লাহদা চৈরকই—"হাই নুপা ! নঙবু কৱম্বা মীশকনো, ঙাওব্রা ? নঙগী ফননবা অরোলবা ৱা হায়বীরিবা ঐঙোন্দা করিগীনো নঙনা লৈতুম অসিনা থারক্লিবা ??" জারুল্লাহনা ইতপ-তপ্না খুম্লকই— "বাবাজিবু তৌজিক্তা ঐঙোন্দা ইমাঙদা লাকপা নুপা অমদা লৈতুম অমনা থারবদি ঐনা নীংলিবসি থুংজনি হায়বীখিবদাই— ?" সাধুনা য়াম্না শাউনা হায়রকই— "ঐনা হায়বদি ঐ নত্তবা অতোপ্পা নুপা অমদা লৈতুম্না থাও হায়বা-বনি।" জারুল্লাহনা হায়রকই, "বাবাজিদি ঙসাই ঐ নত্তবা

অতোপ্পা নুপা অমদা থাও হায়খিবসু নত্তনা; ঐদি ইমাণ্ডদা লাকপা নুপানি খন্দুনা বাবাজিদসু য়াই খন্দুনা লৈতৃম্না থাখিবনি।" সাধু অতুনা য়াম্না পোওথোক্না খুল্লকই— "হাইঃ অপণ্ডবা, ঐসে সাধুনিনে। নখোয় খ্বায়গা মান্নবা য়াবা নত্তেনে। সাধূদবু লৈতৃম্না থাবা ঙম্বা নুপা নণ্ডসে সাধু ঐগী ইগুণ খণ্ডহনগেদো! ইনিংথৌদা ৱাকংলূবগা দরবারদা কৌখংহল্লগা লমহেনবা নওগী নতিক চাবা চৈৱাক পীহনগে।"

জারুল্লাহগা সাধুগা খংনরিবা মকমসি লম্বীনগা ওইবনে, অচং অওক মীনা অনুক্তোইনা মখোয়বু ইকোয়-কোয়না ওম-শীনখে। "হোঃ সাধু অমগা নুপা অমগা লৈতৃম্না থানতুনা খংনরে হায়রে।" অসুম্না মরম্নাই অচৌনবা থবক ফাওবা কাউথোক্লবমখৈ মখোয় অনীগী খংনবতু হিয়াং-কুম্মে য়েংবগুম য়েংনরম্মী। তিল্লম্লিবা ভাবকশিংতু মবান্নিগী মরক্তা খংনবগী বিচার তৌবদি অমতসু ঙম্নদ্রে।

জারুল্লাহদি সাধুনা নিংথৌদা ৱাকংলুগনি হায়রকপতুদা কনাগী চৈৱাক ফংবা ফংদবগী ৱাফম খন্থরুদনা হৱাউখিবনা লোইরে। ঈরুজনিংতুনা লৈরিভৈদা থোঙ্গা তেল্লকপগা মান্নে হায়বতু হন্দক জারুল্লাহদা চপ-চানা থোক্লরে। কোনুংতু য়ৌনিংবদগী মহাক্না সাধুদা হায়রকই— "ফৈ, বাবানবু নিং-থৌদা ৱাকংলুগনি হায়রবদি, ইশামকসু য়াওহ্নগে।" লম্বীদা তিল্লম্লিবা মীয়াম অতুনসু অমতা ওইনা লাউরকই— "ফরে

নখোয় অনীগী বিচার অসিদি ইনিংথৌমক্কা তৌগদবনি। নখোয়গী বিচার কনানস্থ ঙল্লোই।”

অস্তুম্বা জারুল্লাহগা সাধুগা মখোয় অনীমক নিংথৌবু বিচার তৌহন্নবা কোম্নুং তম্বা কারকই। থরা চংলগা লম্বী অডুদা অঙাং অমথক্কী মতৃংদা নুপী অমথক্কা য়াম্না কন্না লাউড়ুনা তান্নরকই। নুপীড়ুনা জারুল্লাহ অমস্তুং সাধু অনীদু য়েংড়ুনা লাউরকই— “হোঃ মাঙদা চেল্লিবা অঙাংডু অমুক্তা ফারগা মনা অমা ককথংলু।” মদু তারড়ুনা জারুল-লাহনা অঙাংদু তাপ ফারম্মী। অডুদগী নুপীড়ুনা মনা অমস্তু ককথংলু হায়রি হায়ড়ুনা ছুরি অমা খাওদগী ছং লৌথোক্তু-না অঙাংড়ুগী মনা অমা থবং ককথংখ্রে। অঙাং অডু নাবদগী ফ্রিং-ফ্রিং চোংড়ুনা য়াম্না হৌনা কপথংলক্লে। অসোমদা নুপীড়ুস্থ লাউ-খোংড়ুনা জারুল্লাহবু চৈ-থাংলড়ুনা কদৌবগী মচাগী মনা ককথংলিবনো হায়না থংনবা হৌরে। জারুল্লাহনা ইঙক-ঙক্কুনা— “হেই নঙবু করম্বা নুপীমো ? হৌজিক্তা নঙা নঙনা— ‘অঙাংডু অমুক্তা ফারগা মনা অমা ককথংলু হায়খি-বদাই ? ঐদি অঙাংসি লমহেনবা থবক তৌরুবগী মনা অমা ককথংলু হায়রিবোহি থন্দুনা মনা ককথংপীবনি।”

জারুল্লাহনা অস্তুম্বা খুন্নবদা নুপী অডুনা অঙাংডুবু মথাদা কোল্লগা ওঃ খোংনা কপড়ুনা— “হোঃ হিংচাবা ! ঐনা নঙোন্দা অঙাংডু মনা ককথংলু হায়খিবদি কিন-থংনবা

মতুংদা অমুক তৌদনবা ফাগি তৌখিবনি। ইচাবুদি মনা ককথৎলু হায়না কবিগীদি অচুম্বগী ওইনা হায়জরুগনি ! ইচাগী মনা ককপগী লমন নঙগীস্থ ননাদু অমদি কল্লগা লোইরে ॥” হন্দকী থৌদোক অসিদস্থ লম্বী শোরোকতু মীনা লমজায়নবা ঙমদবমথৈ কৃক কৃক ইন্নদুনা মখোয়বু ওমশীনখে ।

জারুল্লাহনা মখা তানা খুন্নকই— “এহঃ ঙসাইনা অঙাং অসিগী মনা ককত্রিঙৈদা— অঙাং মনা ককউ হায়রিবদু কিন-খঙননবা মতুংদা অমুক তৌদনবা ফাগিনি হায়না লাউ-রকপদি কৈদৌই ? অদুগস্থ ঐগী ইনাসি নামা কক্কনিকা হায়রিয়ে !” মখোয়গী খৎনবগী ৱাথোকসি হৌবদগী তাহৌবা নুপা অমনা লাউরকই— “হোঃ নখোয়গী খৎনবগী বিচারসি কনানস্থ তৌবা ঙম্নরোইসে। মসিগী বিচারদি আঃ দা মহা-রাজবু হেক তৌহল্লুরো।” মসি তাবদৈ নুপী অদুস্থ কপ্লম্বকা তোকতুনা মপী তৈথোক-তৈথোক্লা— “ফৈ, খঙগনি নঙ হোরেল কোন্নুং য়ৌরগা ইনিংথৌনা নঙগীস্থ ননাদু ককথৎ-হল্লগা ইচাগী মনা ককথৎপগী লমন শিংগেদো।” জারুল্লাহস্থ নিংথৌবু বিচার তৌহনবা হায়বদু হরাউনা য়ারদুনা নুপী মমামচাদুগা, সাধু অদুনে জারুল্লাহনে কোন্নুং তম্না পুল্লপ্না লাক্লম্মী।

মখোয়না কোন্নুং তম্না পুন্না লাকমিন্নবদা লমখাঙদা কোন্নুং য়ৌরমদাইদা জারুল্লাহদু চুরুপ হেক থক্লিংলকলে।

মশাদা চুরুপতি য়াওরগা মৈখেত্তি য়াওরমদ্রে। লাকমিন্ন-রিবশিংতুস্থ অমনা সাধুনি, অনীমদি নুপী মমামচানিনা মৈখেৎ বিড়ি পুবা মীতা অমতা য়াওদ্রে। খরা চৎলগা খুল্লক্তা থাঙ-য়োং শাবগী মখোল অমা তায়; মতু থাঙজম ওইরম্বা য়াই, থাঙজম ওইরবদি চুরুপ থক্লিংলিবসি মৈ কংলগনি খন্দুনা জারুল্লাহত্তু লাকমিন্নবশিং অতুদা নিংথৌনা হায়নরম্নগা থাঙ-য়োং শাবগী মখোল তারিবা মায়কৈত্তু তম্মা চৎখিরম্মী।

খরা চৎলগা শঙ্গোয় অমদা হন্নুবা অমগা পুঙ্কক চাউরবা নুপা মচা অমগা পুন্না থাঙ-য়োং শুমিন্নরম্বত্তু উরে। মহাক্কা প্রপ-প্রপ চঙশীনখিবতুদা হন্নুবতুনা জারুল্লাহদা য়েংলগা হায়রকই— "ইবুংঙো, করি ৰা হায়নীংবগে ?" জারুল্লাহনা— "খুড়া, চুরুপসিমতা মৈ চমজগে হায়তুনা চঙজরকপনি।" হন্নুবতুনা হরাউনা খুম্মী— "ইবুংঙো, নঙনা চুরুপ চম্বা লাক-পসি খুড়াদি ওন্থোক্না নুংঙাইখ্রে। ঙসাইদগী চুরুপ থক্লিংতুনা লৈরক্লিবনি। ঙসিদি চুরুপ মচৈ অমকাওবা লৈত্রতুনা ৰানা খাঙললব্রনি। কদাই, খুড়া নহাক্কী চুরুপতু মৈ চম্বীগে। অতুগা, নহাক নপাঙ্গলস্ত য়াম্না কনগদবা মাল্লি। সেঃ এগী নুংথঙসি পায়রগা মসিগী য়োত্তেকসি অগুক অনীরক্তুং য়েবী-রম্নবদি ওন্থোক্না নুংঙাইখ্নিদা !!" অস্তুম্না হায়রকপদা জারুল্লাহনা ইপা-পাখৎনা— "এঃ এঃ খুড়ানা হায়বীরিবতু চুরুপ থক্কে হায়বগীদি থকপীহৌ। অতুগা, থাঙজবা ওইবগী

বাতুদি ঐহাক্তি হৈজপোৎ নত্তে।” হায়না খুম্মী। হনুবতুনা হায়রকই— “ইবুংঙোবু থাওজবা ওইবীয়ু হায়জবা নত্তে, চম্মা নপাঙ্গল অফবতুনা নূংথও অসি থাঙ্গৎলগা য়োত্তক অসিদা অমুক অনীরত্তং য়েবীরম্মু হায়জবনি” হায়না হনুবনা অময় খুমলকই। জারুল্লাহস্তু— “খুড়া, ঐহাক মদু হেরোইনে। হোরেল অশোয়-অওাম থোকনি” হায়তুনা ফনা মকন্থোকচৈ। অদুবু হনুবতুস্তু য়াম্না কন্না হেক মতকশিল্লকই— “হেরাঃ ইবুংঙো খুড়াগী নুপামচাসিনা মখুদোম্বীনা থিন্দুনা তাকপা মকম অদুদা নূংথও অসিনা য়েবায়ু, করি’মতা হেক ’শোয়’ওাম থোক্লোইসে।” জারুল্লাহদু হন্দক্তি লৈথোকফম লৈখিদ্রে। ‘স্বর কৈ হায়দুনা লাক্লগা পোখাং পুক্টে’ হায়বদ, হন্দক জারুল্লাহদা চপ-চানা থোক্লরে।

জারুল্লাহনা ভন্দে-মান্দে হায়রকই— “হোঃ খুড়াগী নুপামচাসিগী মখুদোম্বীনা থিনবা নগা অদুদা নূংথও অসিনা থাও হায়বনিকো?” হনুবদুস্তু মায়থোঙদু নোকফেৎ তৌনা— “হোইনে ইবুংঙো” হায়দুনা খুমল্লকই। অস্তুম তৌদুনা জারুল্লাহদু মখুত্তা নূংথও পায়থত্তুনা নুপামচাদুনা মখুদোম্বী থিনবা নগাদু য়েং-য়েংদুনা য়োৎতা য়েবা হৌরক্লে। মীওইবা দমাগী মনাইনি! হৌজিক জারুল্লাহসি দমা ভাদুনা বাথোক অনীগী বিচারগীদমক কোন্নুংদা লাক্লিবনি। হন্দক্লা করম্বা দমা মাগী মথক্তা নোংদমলিগবা?

অসুম থোকউ হায়রুনা— যোক্লেক অদুদা অঙাং (নুপা-মচা) অদুগী মখুদোম্বীনা থিনবা-থিনবা যগাদা নুংথঙনা ঙৈহাক য়ৈরবগী তুংদা অঙাং অদুসু তাঞ্জ'চুমক্তদা মকোকতু হেক হাক্চরক্লরুনা য়োক্তা থিন্দুনা ত'রুম্বা খুদোম্বীচুনা মকোক্তা ছুং খোংলুরে। অসোমদা খন্দুনা য়েংবীরু জারুল্লাহদি ঙসাই-দগী নুপামচাদুনা মখুদোম্বীনা থিনবা যগাদা নুংথঙনা থাগদবগী খুদোম্বী অদুগী পোইরৈ (তারুবা মফম) শেম্মরুনবা লৈরক্লি-বনি ॥ হন্দক নুপামচাসিনা ৱাখল ইখন খঙ্হৌদনা মকোক হাক্চৈ হায়রুনা মখুদোম্বীনা হাক্চবা মফমদা খোংলিবদু জারুল্লাহদি মতাক্তা য়েংদবা য়োং অদু ওইরবোই নীংদুনা নুং-থঙদুনা কন্না য়েঁখরকপদা— "আয়ো ই-মা ........" হায়না অমুক্তং খংলাউ-লাউরম্লগা খুদক্তা নুপামচাদু অদুম শিরে। মকোক পূমকায় কায়রবা নুপামচাদুগী মতৌদু উরুবদা জারুল-লাহদো পাখংপগা লোয়নবা মশাদু হুমাংনা চুপ লুপত্তুনা মকোক্তা (লৱাইদা) মখূৎ থমদুনা খংফম-ফমথখে।

হনুবতুম্ ইপা পাখংনা— "ইস ঃ করিনো'সিদে, ইশূ হাংলেদনা? হোঃ লৈকাই, লৈকাই মী হাংলে, মী হাংলে" হায়না কোইলাউ-লাউবদগী থাওজমগী যুমদু মীনা সূক-শুনা তিন্নখে। জারুল্লাহদি লৈকাই মীয়াম্বা ফাজিন্দুনা থমখে। খুলগী মকোক-থোংবা মী অদুসু কোরুরে। মগাক্লা জারুল্লাহদা হংঙি— "হাই নুপা, করিগীনো নতাক্লা নুপামচাসি মকোক্তা

নৃংথঙনা শুগায়দুনা হাংলি তান্নবদি—? নহাক চুম্না খুম্মু। নত্রবদি নহাক্না ফনা চুল্লম্বা লৈরবস্থ ওইদবগী ঙাংবগীদমক নহাকস্ত অঙাং ওলহনগদৌরিবনি!" মসিগী পাউখুম ওইনা জারুল্লাহনা মখূৎ লোন্নদুনা মীয়ামগী মমাঙদা ঙসাই থোকখিবা থৌদোকতু শেংনা লীদুনা তাহল্লম্মী।

হনুবদুনা মথ্রায় শোক্না কপ্না-কপ্না লাউরকই— "ময়াম-মক তাবীয়ু, ঐ॥ নুপাসিগা হায়নবদি— নুপামচাসিনা মখুদোম্বীনা য়োংসিদা থিল্লগা তাকপা মফম অদুতদা নৃংথঙ অসিনা থাও হায়রবনি, করিগীনো মহাক্না ইশূগা মকোকতা নৃংথঙ অসিনা মরম লৈতনা শূগায়দুনা হাংলিবা? খুল মীয়াম্না বিচার চন্না তৌবীরগা মীহাৎপা অসিবু মতিক চাবা দণ্ড পীবীয়ু।" জারুল্লাহদো ভুমিন্না লৈরম্বদে য়াম্না শাউনীং-লকপা অমা য়াওরমাল্লে, লাউরকই— "হোঃ খুড়া ঐদি নশূনুপাদুনা মখুদোম্বীনা থিনবা মফমদতা নৃংথঙনা য়ৈবনে। ঐদি মাগী খুদোম্বী মতোন্দুনা তাবা মফমদু য়েংদুনতা লৈরিবনি। য়োংতা থিল্লিবোই নীংদুনা য়ৈরুবনি। কনানা থঙবা মহাক্না অসুম্না মখুদোম্বীদু মকোক্তা থিল্লমগনি হায়রবদি??"

"নঙদি ঐনা য়ৈযু হায়রবা য়োং অসিদদি য়ৈদদুনা করিগী ঈশূগী কোক্তা য়ৈরিবনো" হায়না হনুবদুনা য়াম্না মথৱায় শোক্না হায়রক্লবদা হন্দক্তি জারুল্লাহস্থ মকল্পি থোকপমখৈ শাউরে— "হনুবা, নশূনুপাদুদি মখুদোম্বীনা য়োং অসিদা

থিনগেদি হায়দনা করিগী মকোক্তা থিল্লিবনো ? ঐদি থাওজবা ওইবা হৈতে হায়বদা— নহাক্না নুপামচাসিগী খুদোম্বীনা থিনবা মফমদুদা নুংথঙনা থাও হায়খিবা নত্রা ? ঐদি নুপামচাদুগী খুদোম্বীনা থিনবা মফমদা থাবনি।” অসুম্না ফনা কুইনা অৱাই-অখুম তৌনদুনা য়েংনবদগী খুলগী মকোক থোংবা (লুচিংবা) নুপাদুনা— “নখোয়গী ঙসিগী মী হাৎপগী বিচার-সিদি তরাই-তরাই ওইরোইদৌরি। মসিগী বিচারদি নিংথৌনা তৌগদবমক্কি। অদুনা নখোয় কোন্নুংদা চংলগা মহারাজবু বিচার তৌহল্লুরো” হায়রক্লে। হন্দক্কী ৱাথোক অসিগীদমকসু নিংথৌবু বিচার তৌহন্নবনি হায়দুনা জারুল্লাহ অমসুং থাওজবা হন্নুবদুগা লোয়ননা থাওজম খুল্লকগী থোরক্লগা ঙসাইগী মহাকপু ঙাইহৌবা মী অহুমদুগা পূন্না মখোয় মঙামক কোন্নুং তম্না মরি-মরি লাক্লম্মী।

কোন্নুং য়োরে। বিচারগী হৌনবী থৌরাং পুন্নমক লোইশিল্লবদা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী সভানা অহাল-অকোন নাইনা ৱাথোক অহুম্মক মথং-মগং বিচার চঞ্চরম্মী। ৱাথোক অহুম্মক্তা জারুল্লাহনা লোইনমক চুম্লম্বদগী মাগী মরাল অমতা লৈতে হায়দুনা থাদোকপীখ্রে।

জারুল্লাহনা চংখৎবদা নিংথৌনা মাগী ৱজিরনচিংবা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংদা হায়রকই— “ইপূ ৱজিরদগী অঙম অথৌ পূম্নমক্তা হায়জনিংলিবদি হৌজিক্কী জারুল্লাহ হায়বা

মুপা অতু অঙকপা ফংনা কিক্রি-হৈনা শিংখ্রদা, মঙোন্দা খোকখিবা ৱাখোক অতুগুম্বদি ঐহাক অমুক্তম্ থেংনজরক্নি ।” ৱজির মকোক অতুনা মহারাজদা হংগৎচরকই—“জহাঁপনা-মা তাকপীরগুম্নদনা ঙসিগী জারুল্লাহকৌবা মুপাদু ফিক্রিতা নহনা মশামক্তম্ অচুম্বা চংপা মীতা ওইনা উই। ননাই নপু ঐহাক্না মাকোন্থং অসিদা ৱজির ওইজরকপদগী ঙসিগী জারুল্লাহগী ৱাখোকশিং অসিগুম্বদি অমুক্তম্ থেংনজরক্করি। মতুংদফাওবা অসিগুম্বা ৱাখোকসি খোক্নি নাংজদে।” ৱাজিরগী ৱাসি তারগা মহারাজ ঙৈহাকতং ৱাখল তৌই। মহারাজনা তাকপীরকই— “ইপু ৱজির হৌজিক্কী জারুল্লাহ কৌবা মুপাদু অমুক কৌহল্লুসি। ঐগী লৈবাকতা মাগুম্বা অচুম্বা চংপা প্নাইরক্কী লৌশিং-শিংবা ফিক্রি হৈবা মুপা অমা লৈবা হায়বসি থাগৎনিঙাইনি। তুংদা লৈবাক্কী কান্নবা য়াবা মতাংমু লাকপা য়াই। অতুনা মঙোন্দা মনা অমা পীরসি?” ৱজির অমসুং দরবারগী অঙম্বশিংনসু মহারাজগী অনীংবসি হরাউনা য়রাতুনা খুদক্তা দোলাই পাবা থাতুনা ময়ুমদা চংখ্রবা জারুল্লাহবু মহারাজগী মা য়াথংনি কোন্থংদা হল্লকখো হায়রি হায়না কৌহল্লরে।

জারুল্লাহনা অমুক হন্না কোন্থংদা চঙলকপাসিদা মা কোন্থংগী অহানবা মথোঙ ঙাকপা (দরৱান) অতুনা জারুল্লাহগী মাঙদা থংলপ্না— “নঙনা হোরেক্ক করিগুম্বা নিংথৌদগী মনা-

মথুম ফংলবদি ঐগী শরুক থরা থায়রমগনি হায়রবদি চঙহনগনি। শরুক থায়রমলোই হায়রবদি চঙহল্লোই” হায়রম্মী। জারুল্লাহনা ইয়াঙ-য়াঙনা— “ফৈ কৈদৌই হায়বগে, ঐঙোন্দা হোরেল নিংথৌনবু মনা-মথুম পীবীরবদি তঙ্খায় অমা নঙোন্দা হেক্তা পীরমগে” হায়না খুম্বদগী গোঙঙাকপনা চঙহল্লকলে। অনীশুবা ম্নথোঙ ঙাকপা অতুনম্ম মনা ফংলবদি মাগীম্ম শরুক থায়রম্ম হায়বদগী মঙোন্দম্ম মহাক্না ফংগদৌরিবা শরুক্তগী তঙ্খায় অমা পীগে হায়রম্লে, হৌজিক অহুমশুবা থোঙঙাকপা অতুনম্ম মাগী শরুক পীরমগে হায়দ্রবদি চঙহল্লোই হায়বদগী মাগী ফংগদৌরিবা শরুক থরতু অহুমশুবা থোঙঙাকপতুদা লোইনা পীথোক্লম্লে। থোঙঙাকপশিংতু মনা ফংলনি থন্দুনা হরাউনা লৈহোরে।

দরবারদা অমুক হন্না চঙলক্লগা মহারাজগী ম্নামাঙদা মথুং লোম্নতুনা লেপ্লগা জারুল্লাহনা হায়রকই— “জহাঁপনা, ননাই ঐবু অম্নক হন্না দরবারদা কৌবীববু করম্না ম্নায়াথং তাকপীগদবা—??” মহারাজনা নোকফেৎ তৌনা— “জারুল-লাহ, নঙ করম্বা মনা-মথুমদি নিংথৌ ঐগী লনগৈদগী পাম্মী ?” অম্নম্না হংলম্মী। জারুল্লাহনা নোল্লুকপগা লোয়ননা— “ঐদি মনা-মথুমসি অমতা পামজদে।” হায়না খুম্নবদা নিংথৌনা— “নঙনা হেক পাম্বা অতুতা হায়য়ু। নঙনা পাম্বা পোৎশক্তু মনা ওইনা পীবীগে” হায়রে। মীতিক-মীরৌ থঙলবা জারুল্লাহনা

তাঞ্জা চানা ইতিং-তিংবা শানা— "লৌচৈ চাম্মা ফ,বীবা পাম্মী" হায়রম্মী। "মসিবু করম্বা নুপানো মনা লোজো হায়রগা লৌচৈ চাম্মা ফ,বীবা পাম্মী, হায়রিসিবো ? হাই-হাই ! দোল্লাই পাবা কনা কুনা লৈ ? লৌচৈ চাম্মা পুরক্নগা নুপা সিদ ফ,-হে" হায়না মহারাজনা স্না য়াথং পীখে।

মহারাজগী স্না য়াথং হেক ফংবগা মনাক্তা লৈরম্না দোল্লাই পাবা অমনা খুদক্তা লৌচৈ চাম্মা পুরক্নগা জারুল্লাহবু ফুননবা শেম-শারম্মী। জারুল্লাহদা ফ,গদৈ তৌরকপদা— "ঐঙোন্দা ফ,গদবা নত্তে" হায়না জারুল্লাহনা মহারাজদা হঙ্গৎলে। "কনাদা ফ,গদবনো" হায়না হংবদদি "আঃ দগী অহানবা মথোঙ ঙাকপসিদা লৌচৈ য়াম্খে, অনীশুবা স্নথোঙ ঙাকপদা লৌচৈ কুনমঙা, অহুদগী অহুমশুবা স্নুথোঙ ঙাকপদা লৌচৈ কুনমঙা অমগা ফ,বীয়ু "হায়তুনা জারুল্লাহনা খুম্নকলে। মহারাজনা "করিগী এগী স্নথোঙ-ঙাকপশিংদা ফ,গদৌরিবনো"। হংবদা জারুল্লাহনা থোঙ-ঙাকপা অহুমত্তগা হায়নখিবশিংদু অমতা চৌখদনা মহারাজগী মফমদা তম্লম্মী। মহারাজনা য়াম্না শাউনা থোঙ-ঙাকপা অহুমদুবু মীগী মনা মথুম পান্নবগীদমক য়াম্না থীনা চৈরগা মখোয় অহুম্মক লৌচৈ ১০০/১০০ ফুননবা য়াথং পীরম্মী।

জারুল্লাহগী ফিক্রীদগী কোন্নুংগী স্নথোঙ-ঙাকপা দেরবান, অহ মত্তু লৌচৈ ১০০/১০০ ফ,হন্নবা ইনশিল্লমলগা মহাক্তি ময়ুমদা

হনখে। হন্দকসু নিংথৌরেলগী স্না পূক্লিংদা লৈতানা লৈবা ঙমলক্করে। মহাক্না য়েংথংবা পাম্বোম ঙইরিবা রজিরদা য়েংলগা হায়রকই— "জারুল্লাহ হায়রিবা মুপা অসিগী মবুদ্ধি-মরোশিং অমসুং মাগী ফিক্রী অসিদি ঙম্বোক্লা ঙকখেদা। ঐগী লৈবাক্তা মাগুম্না হৈ-শিংবা মীদি অতাঙ-বনি। হৌখিব্বা থোদোক অহুমদা মহাক্লা লোইনা চুমলম্বতা নত্তনা য়েংবীয়ু ঐগী ইনাই থোঙডাকপা অহুম্বুমু মাগী ফিক্রীনা অরালবা ফোঙদোকতুনা মীগী মনা-মথুম পামলুবগীদমক লাটে ১০০/১০০ ফু হন্দুনা মতুংদা মীগী মীরল পামদনবা পারা অমমম তম্বীরয়ে। মাগী গুণ অসিগীদমক মতিক চাবা মনা অমদি পীরসি" হায়রম্মী। অসুম্না নিংথৌগী অপাম্বা পোত্-রৈসি খঙলহুনা দরবারগী মীপূম খুদিংমক্লা য়ানরহুনা জারুল-লাহবু অমুক হন্না দোলাই পাবা থাহুনা কৌহল্লুরে।

হন্দকতি জারুল্লাহনা কোন্নুংদা চঙলকপসিদা ঙসাইগী থোঙ-ডাকপশিংহু মাবু থিংবা য়াওদ্রে। জারুল্লাহনা মখোয়দা ওনশিল্লগা "মনা পাম্লিবরা, হন্দক্তি শোয়দনা পীবীরমলগে" হায়বদা য়াম্না শাউনা শুক্লোকপমখে য়েংলগা— "নঙগী মনাহু অমুক হন্না পামজদ্রে। নহাক্তা লোইনা পুবীখ্রো" হায়না খুমলকই। হন্দকমুকসু জারুল্লাহনা জহাঁপনাগী সনা মাঙদা মখুৎ লোন্নহুনা লেপ্পরবদা জহাঁপনা-না পেনবীরহুনা মনা মথুম মতিক চানা পীবীহুনা ইকাই খুম্নবা উৎপীখি। ■

জারুল্লাহ

# ২ ॥ চুরানন্দাখুংপু ৭

জারুল্লাহদো ইম্ফালদগী হল্লক্লবা মড়ুং কাইনথংদা মহারাজনা মঙোন্দা মনা ওইনা পীবীরকপা স্মা-লুপাশিং অদুনা ইমুং মনুংগী অৱাং-অপা কয়ামরুম মেনশিনখ্রগা শগোল কারু অমখক্তা লেপশীঞ্জরম্মী। মহাক্না শগোল অদু মতু-মমান ফজনবা নুমিৎ চুপ্পা তক নান্দুনা নিংথৌনা য়োক থাক্লুনা মতম লেনবা হৌরে। অমহিক্তা মাগী শগোলদুগী মতিক-মগুণ মীয়ামদা উথোকপা ওইনা মরক-মরক্তা শগোলদু তোংদুনা লম থাগা কোয়রম্মী। অসুম্না ইকুই-কুইদনা মীপুম তিংনা জারুল্লাহগী শগোল কারুসিগী ফজবা, নিংথীবা অমসুং মতিক মগুণগী হীরমদা খঙন-তানরক্লে। লৈকাই ৱারী ওইনরে।

ফজবা পোৎ হায়বসি হেক উবদা পাম্বা অমসুং পোৎ অদুমক মশাগী ওইনিংবা, মীহোবা হায়বসি মীওইবগী হৌন-লোনচৎ ওইবনিনা নোংমতা কাংদনা জারুল্লাহগী শগোল কারুসিবু লৈগে হায়দুনা য়েংবা লাকখিবদাময়ুমদু মীনা খুরক

হাওখিদ্রে। অদুবু, জারুল্লাহদি মাগী শগোল কারুদু ওসি-কাওবা কনা'মদসু য়োল্লগে ইহায় হায়দ্রি। লৈবাক অসিগী মমিং চৎপা ফম্নাইবা, ইনাকখুনবা কয়া কয়া জারুল্লাহগী শগোল কারুসি লৈনিংতুনা য়েংলদবা য়াওদ্রে।

নোংমা অয়ুক অওনবদা জারুল্লাহগী নুপী মেহরুল্লাহনা পোলাং অমদা শগোল মথী থরা হাপ্লগা তুরেলদা হিদেন তম্না কুম্লকপদা শগোল তোংবা, লৈবাক অসিগী মমিং চৎপা হুরানবা খূৎপু (মীওই) ৭ থক্কা হেক থেংনরুরে। মমাও থংবা শগোল তোংবতুনা লাউরকই— "এঃ এঃ ...... কৈনোনে নুপী নওনা হৌজিক অয়ুক অওনবসিদা পোলাংদা শগোল মথী হাপ্তুনা পুরক্লগা ঐখোয়গী মাঙদা শমতুনা চৎলিবসি ঐখোয়গী যাত্রা থুগায়রিব্রা ?" মসি তাবদে মেহরুল্লাহনা নোল্লক্না খুম্নকই— "হোঃ তাদা, নচম্না পুরিবসি শগোল মথী নত্তেয়ে লৃপানে, লৃপা !" নুপীতুগী ৱা তাবদা নুপা ৭ অদু ওকপনা থেংথে়। মখোয়গী শগোলশিংতু নিংথীনা খাম্নগা নুপা অমনা হৎলকই— "কৈনোনহে, ইবেম্মা নওনা হায়রি-সিবু ! পোলাংদা হাপ্লিবতু শগোল মথী নত্তে লৃপানে হায়বসিবু ? য়েংঙু, ঐখোয়না তোংলিবসিসু শগোলনি। ঐখোয়সিবু শগোল মথী হায়বতু থওলম-উরম্নে়াইদবগুম···??"

মেহরুল্লাহদো ইতপ-তপ্না খুম্নকই—"হোঃ তাদা ৭ মক শাউবীখিসু। নচম্না হায়জবদি অসিনি-ঐগী পোলাংদা হাপ্লিবসি

শগোল মথী ওইরবস্থ মসিগী মনূংদা লুপা য়াওরি হায়বনে।”
মেহরুল্লাহগী মা তাবদা নুপা অমখক্না য়াম্না শাউনিংনা—
“তৎ শগোল মথীদবু লূপা য়াওই হায়বসিবু থাজবা য়াব্রিব্রা”
অসুম্না চৈরকপদা মেহরুল্লাহনা খুম্লম্মী— “তাদখোয়না থাজবি-
দ্রবদি হৌজিক য়েংবীয়ু। নখোয়গী মাঙসিদা ভুরেলদা
ঐহাক শগোল মথীসি চামজগে।” মসি হায়রম্লগা নুপী অদু
ভুরেল হিদেনগী থোঙ্গ্া। তম্না প্রপ-প্রপ কূমথখিদুনা মখোয়
৭ কী মমাঙমক্তদা পোলাংদা হাপ্লিবা শগোল মথীশিংদু
ঈশিংদা লূপশিল্লগা নোইবদা শ্রেং-শ্রেং লাউনা লূপা ৫
খক য়াওরমলে। মেহরুল্লাহদো নুপা ৭ অদুগী মমাঙদা
মায়থোঙ মকা লাম্না নোকমি-নোকমি তৌনা তোর্বাল তম্না
কারকই।

শগোল তোংবা হূরানবা খূৎপু ৭ অদু ওকপনা থেংখে।
মখোয়না ওসি ফাওবদা মথীদা শেল য়াওই হায়বা শগোল
অমতা তাখি-উথিবা লৈত্রি। খূৎপু ৭ অদুগী লুচিংবা (মকোক
থংবা) নুপা অদুনা ইকাইবদগী মমায় ইচপমুক ঙাংশিন্দুনা
মেহরুল্লাহদা য়েংলগা তপ্না হংলকই— “ইচল, হৌজিক্কী
শগোল মথীদুবু কদাইদগীনো?” মেহরুল্লাহনা পোঙনা
খুম্লকই— “তাদা ঐখোয়গী শগোল কারু অম্রখক লৈজে।
মদুগী মথীনি।” নুপা অমখক্না য়াম্না লাংতক্লনা হংলকই—
“ইচম্না নুংতিগী অয়ুক খুদিংগী অসুম্না হেক হেক ভুরেলদা

চাম্বীবরা ?" "হোই, অয়াম্বা মতমদা ঐতনা নুংতিগী শগোল মথৌশিংসি ভুরেলদা চামজৈ। ঐখোয়গী নুপাদি মীনা উগানি ইকাই হায়দুনা য়াদে। ঐনা খুদোং চাদ্রবা মতমদা নোংমা ফাদোক মহাক্কা চামলুবা য়াওই" হায়না খুল্লম্মী। অতোপ্পা নুপা অমনা য়াম্না কল্লক-মীহোবা অমগা লোইননা হংলকই— "অদুদি, ইচল নুংতিগী লূপা ৫/৫ অয়ুম য়াওরম্বরা ?" মেহরুল্লাহনা ইতিং-তিংনা— "এহঃ নোংমদা লূপা ৭ অদুগা নোংমনা লূপা ৬ নোংমা ফাদোকয়ু লুপা ২/৩ থক্তা য়াওরম্বা নুমিৎয়ু লৈ। শগোল অদু মবুক থন্না পীজখ্রবদি শেল য়াম্না য়াওরম্বদি শোয়দ্রে। করিগুম্বা মবুক থলহনবা ঊমখিদ্রবদি শেল ইয়াও-য়াওরমদবয়ু লৈ।" ৰাহৈ থরসি ব্রেং-ব্রেং ঙাংলম্লগা মেহরুল্লাহদি ময়ুমদা প্রপ-প্রপ চঙখ্রে।

নুপা ৭ অদু শগোল মথক্তগী লোইনা কুমথনরগা চিকপক্লা ৰা তান্নরম্মী। ঙৈহাক থন্নরবগী তুংদা মখোয় ৭ মক মথৌদা লূপা য়াওবা শগোল অদুগী মশক্তদি য়েংলুখিসি হায়দুনা জারুল্লাহগী য়ুমদা মরি মরি চঙনরক্লে। জারুল্লাহগা উন্নদুনা ৰারী ৰাতাই শানরে। মাগী শগোল কারু অদুগী মশক মতৌ, কিভমদু হেক উরুবদগী মখোয় ৭ অদু পাম্মনখিবনা মতিল চোরে। মথৌদা শেল য়াওই হায়বদু য়াওদ-হেক য়াওরমগদবোই নীংনরে। অয়ুক ফজখ্রবা মথৌয় শেল ওইনা ফায়রবা শগোল কারু অসিবু লৈদনা তোকপা হৌনদে। মপু

অসিনা লৌগে হায়বা লূপা মখৈ লৌজসনু পীরম্লগা লোইরে। ঐখোয়বু শেল-থুম ৱাৎপা মীশকস্তু নত্তে। শগূন অমা চঙলুবা হল্লকপদগী হৌজিকস্তু ঐখোয়গী ইশাদা স্না লূপা শেল মতিক চানা য়াওরিববো! অস্তুম্বা মখোয় ৭ মক চিক-পক্লা ৱা তান্নরগা জারুল্লাহদা মহাক্কী শগোল কারু অদু য়োম্ননবা থেম্বা হৌরক্লে।

জারুল্লাহনা মপূক্লিং য়াম্না নুংশিনা নুপা ৭ অদু য়েংলগা শোল্লকই— "ইতাও ৭ মক! ঐহাক্কী ৱাসি তাবীয়ু. নতাও ঐগী শগোল কারু অসিদি— ঐগী থৱায় মঙামক অসিগা চপ-মান্ননা লৈনা-চান্না থমজরিবনি। নোংমতা শগোল অসিগী মশক উদবদা চাক পূক থন্না চাবা য়াদ্রিবনি, অহিং তুম্বা য়াদ্রিবনিদো। ইতাও ৭ মক! মসিদা ঐগী শগোল অসিবু ইতাও খোয়দা করম হায়না য়োল্লসিগে?" নুপা অমনা নোকমি-নোকমি হায়রকই — "হোঃ ইতাও পঙগন্নুনে, ঐখোয় ৭ তগী শেল লৌহৌরগা নঙগী শগোল অসি ঐখোয়দা থূংশীন্নরগা হেক লোইরে।" জারুল্লাহদু মথৱায় নুংঙাইতনা, কপ্পিং-কপ্পিং তৌনা—"ইতাওশা! শেলদি তাল্লগা ফংবনিদো; ঐগী শগোল কারুসিগুম্বদি লৈবাকশিন-থুংনা ঐনা কোয়না শিজুনস্তু অনীশুনা ফংলরোই। ঐগী শগোলসে ঐনা হায়দ্রবস্তু খঙবীরমগনিদা। মসি অরবীয়ান শগোলগী মূকশল চঙবনি। ঐস্তু ওহোক্লা ৱানা ফংলৈবনি। অদুনা ইতাও ৭ মক, ঐগী

শগোল কারু অসিতদি লৈরগে হায়বীনু। নুংতিগী মথীদা য়াওরম্বা ল্পা খরা খরসিনা ইমুং-মনুংগী লৈত-লাইব মেঞ্জ-রিবনি। শগোলসি হেক য়োনথোকখিবা থোক্লবদি নতাওদি য়াম্বা ৱাহৌবা তারে।”

মখোয় ৭ কী মনুংদগী নুপা অমনা অমুক তকশিল্লকই— “হেরা, ইতাওনা নুংতিগী ৱানা শগোল অসিগী সেবা তৌদুনা অমুক ভাঙনবদা শগোল মথী চামহল্লুদ্রবম্ব নুংঙাইনা ফমদুনা চাহৌরো। অদুগা ইতাওনা পাম্বা, কৌনীংবা শেল মশীং কয়ানো হায়রোসে, পীরম্লগে।” জারুল্লাহহু মাগী শগোল কারু য়োনখ্নি হায়বগী ৱাখলদা মথৱায় ৱাখিবনা শ্বর শাংনা হোন্দুনা হায়রকই— “ঐগী শগোল কারুসি ঐগী ইফমদদি মমল নাইদবনি। অদুনা কয়া হায়সিগে খঙদে। সেঃ ইতাও ৭ মক্লা য়াম্বা পামলবনিনা নখোয়নসু ইয়াঙ-য়াঙনা খুদক্লা পীরম্বা ঙমগদবা ল্পা লিশাং কুন-খক্তি লৌজরগে। ঐহাক হেন্না-থোইনা হায়জদবনি।” অসুম্বা হায়রবদা নুপা ৭ অদুসু করিমতা চিংনবা লৈতনা ল্পা লিশীং কুন অদু জারুল্লাহগী মখূত্তা পীরম্লগা শগোল কারুদু লৈদুনা পূথে। মখোয় ৭ না শগোল কারুদু পুদুনা চৎখ্রবদা জারুল্লাহগী নুপা অঙাংশিংদু ওঃ খোংনা কপ্প-লাউনহৌরে।

অহানবা নুমিংকী অহিংদুমা শগোল কারুদু হ্রানবা খূৎপুদুগী ল্চিংবা নুপাদুগী শগোলশঙদা পালি নাইনা পুনবা

হৌরে। মহাক্না নোংঙাল্লমদাইদা মাগী নুপীদু তূম্বদগী হৌ- দোক্ত্না শগোল কারুগী মথীশিংদু পোলাং অমদা হাপ্লগা তুরেলগী পোঙ্গ্দা চামলুচো হায়না থৌদারম্মী। মাগী নুপীনা "হোঃ নিংথম থাগী অস্থক ঈংখ্রবা অয়ুক অঙনবসিদবু অদুক নমথীখ্রবা শগোল মথীদুবু চাল্লুরগা কৈ-কান্নগদগে" হায়না খুম্লম্মী। নুপাদুনা শাউনা লাউরকই— "ঐনা চাম- লুচো হায়রিনিনি। কান্নবা মরম লৈ। হাই তারিব্রা— পোলাং মনূংদা নিংথানা নীকথোক্লগা মথীশিংদু লোইনা তাহনখ্রগা মনূংদা য়াওরম্বা পোৎতু য়াম্না চেকশিন্না মী কনা খঙহন্দনা পুব্রক্কদবনি খঙঙু!" তুমুম্বদগী হৌগংখ্রগা মাগী নুপীদু য়াম্না তম্না তম্না অয়ুক অঙনবদুদা শগোল কারুগী মথীশিংদু পোলাংদা হাপ্লগা তুরেল হিদেন তম্না চাম্বা চংশি- নম্মী। নুপীদুনা তুরেনদগী কাখৎলকপা ঙাইরগা নুপাদুনা প্রপ-প্রপ চঙশীনখিদুনা হরাউ-হরাউ "লুপা কয়া য়াওরম্বগে" হায়না শোম্থাংননা হংলুবদা মাগী নুপীনা খঙশাউ শাউনা— "কদাইদগী লূপানো?" মসি তাবদা নুপাদু খঙপ্রেক-খঙবগা লোইননা— "হাই, অওইবমক্কী শগোল কারুগী মথীদা সুপ্নগী শেলয়েক অমফাওবা য়াওরমদ্রনে" অস্থুন্না অমুক হংলম্মী। মসি তাবদেদি নুপীদু শাউখিবনা ফি-ফি কামখ্রে। "নঙবু ঙাওবা হৌবা কয়াম কুইরে? করম্বা জমানাদা শগোল মথীদা লূপা য়াওই হায়বসি তাখ্রবগে? মসিগী ওইরেকো

অসুক ঈংখ্রবা অয়ুক অঙনবসিদা ঐহাকপু ভুরেলদা শগোল মথী চামহল্লুরিবসে ?”

মাগী নুপীগী ৱাহৈসি তাবদৈ হূৱানবা মকোকতু নেঃ তানা ফমথখ্রে। মকোক্তা মখূং হাপ্তুনা খল্লি— “ইসঃ লুপা লিশীং কুন মাঙলেদনা !” খঙনিং নিংশীংলকই— “ওহঃ ঙরাংদি শগোল কারুসি মবুক থম্না শজিক পীজবা ঙমহৌদ্রে। মতুনা মথীদা শেলয়েক অমফাওবা য়াওরমদবা ওইরনি। ওস্থোকপনিদা ঙসি নুপীগী মাঙদা কয়া ইকাইখ্রবা !!” অসুম্না নুমিৎ অদু মথৱায় নুংঙাইতনা লেল্লম্মী।

নুমিৎ ৱাতোন লোম্মকপগী মতমদা মতাও ৬ অত্তুম্ মাগী য়ুমদা থুংলৱে। মখোয় ৬ তা শগোল কারুগী মথীদা শেলয়েক অমফাওবা য়াওরমদবগী ৱাফমসি নিংশীংদ্রে ! মথংগী নুমিৎকী অহিংনা মখোয় ৭ কী ঙমথং লুচিংবতুগী শগোলশঙদা শগোল কারুদু পুন্নবা পুখ্রে। অসুম্না মখোয় ৭ মকী ময়ুম য়ুমদা পালি নাইনা শগোল কারুদু অহিং অমমম পুন্নরে। ইকোন-কোন্না তরেৎনী শুবা নুমিত্তা পুল্লুবা নুপাতুনা মথৱায় নুংঙাইতনা শোল্লকই— “ইতাও তরুকমক ! ঐগীদি লাইবক থীবনরা কৈনো—শগোল কারুগী মথীদু ঙসি অয়ুক ঐগী নুপাবু ভুরেলদা চামহল্লুবদা মুখগী শেল ময়েক অমফাওবা য়াওরমদেনে ! ইসঃ নুপীগী মমাঙদা ঐহাক ওস্থোক্না ইকাইখ্রবজাৎনি।” মসি তাবদা অতানবা

পুল্লুবা মখোয়গী মকোক থোংবদুস্ "হোইনহে ইতাও ঐগীদা পুন্‌বদসু শেলয়েক অমফাওবা য়াওরমদেনে" হায়দোকলকপদগী মখোয় মঙাদুসু মহে-মহে লোইনা— "ঐগীদসু শেল য়াও-রমদে" অস্তম্না তমখোক্লরক্লে।

মখোয় ৭ মক শ.উথিবনা মমীং ঈ-কাপে। "অচ্চাচা, লাকচৈদা! জারুল্লাহ নঙগুম্বনসু যিক্রী, থোক তৌদুনা ঐখোয়দা শগোল অমগী মমল লুপা লিশীং কুন লৌতৌদুনা অপঙবা শীরবনিকো! কৈ, থঙগনি নঙবু লাক্লগেদো!" তক্লি শোন্দুনা লুপা ৭ অদু শগোল অমমম তোংদুনা জারুল-লাহগী য়ুম তম্না পাংলক্লে।

অসোমদা জারুল্লাহনা করম তৌরি— লুপা লিশীং কুন অদুনা চানীংবতা চা, শেংনীংবতা শেংদুনা নুংঙাইনা লৈখোক্লে। অদুম্নদি ওইরগা মহাকসু উরোক অনী ফারুরগা পৌরাং অমদি লোম্না তৌদুনা থম্লে। তরেংনী শুবা নুমিংকী অয়ুক অঙনবদা হুরানবা ৭ অদুনা লাক্কদবা লম্বীদা ময়ুমদগী মাইল ৩/৪ রোম থাপ্না চংখোক্লুনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈখে। উরোক অমদি মহাক্না পাদুনা চংলম্মা, অমনা ময়ুমদা কাপোন-না কূপশিন্দুনা থম্লে। থোরাং অপুম্বা মাগী নুপী মেহরুল্লাহগা লোইনা তানরম্মী। হুরানবা খুংপু ৭ অদুগা জারুল্লাহগা লম্বীদা উন্নরদুনা শগোল কারুগী মথীদা শেল য়াওদবগী মরমদা বান্নী শান্নদুনা শেল হল্লো হায়নরম্মী।

জারুল্লাহনা হায়রম্মী— "ইতাও ৭ মক, তশেংনা ঐগী শগোল কারুডু য়োঞ্জনিংদবনি। মরম হায়ববু মথীদা য়াওরম্বা শেলশিং অদুনা ইমুং-মমুংগী অৱাৎ-অপা মেন্নৱিবনি। ইতাও-খোয়না য়ামন্দবদগী ঐবু থেমডুনা লৈখিবনিদো, হৌজিক্কা মথীদা শেল অমফাওবা য়াওরমদে হায়রিসিবু— শগোলশঙ অমমুং শাফম ওন্নবদগী ওইরিব্রা খঙদ্রেনে। অডুবু, ফরে ইতাওখোয়না পামদ্রে হায়রবনিনা নহান ঐনা লৌহৌবা মমলডু হল্লগে। শেল অডু য়ুমদা চৎলগা লৌরুরসি। ঐহাক্তি শগোল কারুডু হেক য়োনখিবা মুমিত্তগী ইচা মথৈনা কপ্পও লাওবও তোডুনা শগোল কারুডু লৌবীরু হায়না নৈবদগী য়ুমদা হনজিন্দডুনা লৈরবনি।" ৱারী শান্ন-শান্না জারুল্লাহনা মুপা ৭ অদুগী মমাঙদা মাগী উরোক অদু পুথোক্লগা— "ইতাও উরোক, নহাক য়ুমদা হান্না চৎপীরম্লো। ইতাও ৭ লাকহৌই, মখোয়গী চাক শরুক হাপপু হায়না ঐগী মুপীদা পাউ তন্নম্মু।" ৱাহৈ খরসি পাউমেল্লগা উরোক অদু থাদোকখ্রে। হৃরানবা মকোক অদুনা জারুল্লাহদা হংঙি— "কৈনোনে ইতাও, মীরোল থোক্তবা উচেক অদুদা ইতাও ৭ লাকহৌই, মখোয়গী চাক শরুক হাপ্পু হায়রগা থাদোকখিব্রদুবু হোরেল য়ুমদা পাউ তন্নমগদৌরিব্রনে?" জারুল্লাহনা নোক্কুনা হায়-রকই— "এহঃ ইতাও ৭ মক, ঐগী ইতাও উরোক অসিদি উচেক্কি হায়জবতনি। মীরোল ফজনা খঙলবনি। হোরেল

মৃখ য়োম্বগা মাগী মগুণ খুঙবীগনি” অসি হায়নদুনা নুপা ৭ অদু জারুল্লাহগা লাকমিনরে।

ময়ুম য়োবগা জারুল্লাহনা মাগী নুপী মেহরুল্লাহ কৌদুনা —“হাই তারিব্রা? ইতাও উরোক য়োরক্লবরা” হায়না হংলম্মী। মেহরুল্লাহনা ইমুংদগী ফিংনা খুল্লকই—“হোঃ য়োম্বক্লে। ইতাও ৭ লাকহৌই, মখোয়গী চাক শরুক হাপ্পু হায়রক্লগা আঃ মকোন্দা চঙদনা পোথাপ্পবনি।” নুপা ৭ অদু ইঙক ঙক্লা য়েংনদুনা মখোয় মশেল মমীৎ কুপ্লে। মখোয়না চঙশীন্দুনা ইমুংদা কাপোম্না কুপ্লিবা উরোক অদুদা য়েংলম্মী। মখোয় ৭ মক খল্লে— “চুম্মীনহে, ঙসাই মহ ক্লা থাদোকখিবা উরোক অদুমক্কি। ইসঃ শিংখেদা।” হৃরানবা খুৎপু ৭ অদু উরোক অদু মিতাখিবদগী শগোল কারুগী মমল হন্দোক্লবগা লোইনা কাউখে। উরোক অদুগী মতিক মগুণ অদুদা মখোয় ৭ মক শুক্লাংখে। মখোয় ৭ মকতা চিক্লা বা তাইরে— “মসিগী উরোক অসিমা নৈরবদি ঐখোয় ৭ কী খবক (কারবার) অসিদা য়াম্না খুৎলোয়নিসে। খুদক্কী পাউ সম্বা লাকপদা ঐখোয় ৭ তা পাউ পীবা চেন্নবদা ব্রানরিবসি উরোক অসি নৈরবদি ব্রাররোই। অদুনা উরোক অসি নৈদবা হুকয়া-হ্লাদে।”

অসুম্না নুপা ৭ অদুনা জারুল্লাহদা—“ইতাও, নঙগী ইতাও উরোক অসি ঐখোয়দা য়াম্না দরকার ওইরে। অদুনা

মসিগী মল্লল কয়া য়াম্না লৌরীগে নীংলি ?" মসি হায়রক-পদা জারুল্লাহন্থু ইপা-পাখংনা— "এঃ এঃ ইতাও ৭ মক ! ঐগী ইতাও উরোক অসিতদি য়োনবগী রাক্কম নিংশীংবীগনু মসি এম্থ য়াম্না রানা ফংলূবনি। পার্সিয়াগী উরোক হায়বহুনি-য়েংবীয়ু, নতাওগীদি মীলৈজদবনিনা ইতাও উরোক অসিনা ইতেং য়াম্না পাংবীখ্রবজাংনি। মহাক্কী মপাম্মনি নতাওনা কোন্না পাঞ্জরিবসি।" নুপা ৭ অহুন্থ মমীং কূপ্নহুনা ঈঙ্গিং-তৌনরগা হায়রকই— "ইতাওনা হেক পাম্বীবা শেল মশীংহু কয়ানো হায়বীরো, পীরগে। অহুগা ইতাওগী উরোক অসিমদি ঐখোয় ৭ তা পীবীদবা য়াদ্রে।" ঙৈহাক ঙাংনররগী-কাইনথংদা নুপা ৭ অহুনা থেম্বদগী জারুল্লাহগী মতাঙ উরোক অহু লূপা লিশীং তরামঙাদা য়ানহুনা য়োনখ্রে। নুপা ৭ অহুম্থ করিমতা চিংনরা লৈতনা লূপা লিশীং তরামঙাহু শীরল্লগা হরাউনা উরোক অহু পুরগা চৎখ্রে।

লমজাও হেক য়োবগা নুপা ৭ অহুগী লুচিংবহুনা উরোক অহুদা— "ইতাও উরোক ! নহাক হান্না চৎলম্মো। অহুগা ঐখোয় ৭ কী য়ুম-য়ুমদা চঙহুনা ঐখোয় লাকহোরে, চাক শরুক হাপ্লু হায়রম্মু" অসি হায়রগা চাংয়েংবা ওইনা থাদোকখ্রে। উরোক অহুদি মীখুত্তগী হেক থাদোকপীরবহুদা হরাউবগা লোইননা অহাঙবা আস্মান্দা মনীং তম্না পাইখ্রে। নুপা ৭ অহুদি রারী নুংঙাইনা শাহুনা শগোল তপ্পা থৌহুনা লাকহোই।

ময়ুম ময়ুম য়ৌনরগা মহৈ মহৈ, অমসু অমসু— "হাই নুপী, তারিব্রা? ইতাও উরোক য়ৌরক্লবরা" অসুম্না জারুল-লাহগী মতৌ তমজুনা হংলুবদা মখোয়গী নুপীশিংদু ইঙক-ঙকপগা লোইননা— "হোঃ কনাগী কদাইদগী নতাও উরোক্লো, 'সিদা লাক্কে" অসুম্না খুম্মরকই। নুপাশিংদু ইকাইবনা মমায় থম্ফম খঙনখিদ্রে। অদুম ওইনমক মখোয় ৭ অদু অমসু অমসু খল্লি— "ওহঃ ঐগী য়ুমসিদি ইতাও উরোক্লা খঙজদুনা পাউ হায়বীরমদ্রবজা নি। মখোয় ৬ কী মদদি হায়রম্নসু য়াই!" মতুং নোংমা িনী লৈরগা মখোয় ৭ মক পূম্না উন্নবা মুমিং অমদা নুপা অমনা ইতপ-তপ্না "ইতাও উরোক অদু ঐগী য়ুমদি খঙদবরা কৈনো লাক্লমদে" হায়রকই। মসি তাবদে মহৈ-মহৈ, অমসু অমসু লোইনা ময়ুমদা উরোক লাক্লমদে হায়না তমখোক্লরক্লে। "ইসঃ কয়াদা ফিক্রী হৈথবা নুপানো? করিস্নু লৈতবা উরোক অমদসু লপা লিশীং তরামঙা অমুক লৌহৌরবনিকো! নুপীগী মাঙদনা চঙশি-শিবা নংবা। কৈ খঙগনিদো, জারুল্লাহ নঙতবু নথবায় হেক লৌরগা পেল্লনি।" অসুম্না হরানবা নুপা ৭ অদু মৈ হৌবমখৈ শাউদুনা জারুল্লাহদগী শেল হন্দোকপা লাকই।

মখোয়না য়ৌরকপা মতমদা জারুল্লাহদি করিগুম্বা পোৎশক অমগী ইমুংদা চাংয়েং অমখক তৌরম্মী। নুপা ৭ অদুনা জারুল্লাহগী শূমাঙ ময়ায়দা লেপ্লগা মাবু য়াম্না থীনা

ঙাং শকতুনা চৈররে। জারুল্লাহনা মুপা ৭ অদুবু শাউবীদনবা থেল্লগা তপ্পা হায়রকই— "ঐগী ইতাও উরোক অদু এনা মাবু শকথঙনদবা মীদা য়োম্হোকই হায়না য়াম্না শাউরম্লগা অমুক হল্লক্লরোই হায়দুনা পাইখে। অদুবু, ইতাওখোয়গী শেলদি মাঙহল্লোই ঐ শোয়দনা হনগনি। ঙৈহাক্কংদি ফম্মীখো। ঐগী নুপীনা উপ্পু ছো পায়খে। ঐহাক্না পায়রিবা ছুরী অসিগী করিগুম্বা অরোলবা চাংয়েং অমা তৌনবগীদমক ঐগী নুপীদু ফমুংদগী হোগৎপা য়াদনা হিপ্লি। ইতাওখোয় চাংয়েংসি য়েংবীগে হায়রবস্থ ইমুংদা চঙবীরক্লগা য়েংবীয়ু।" নুপা ৭ অদুস্থ জারুল্লাহগী ইমুংদা চঙলক্তুনা মহাক্না পাংথোকদোর্বিবা চাংয়েংদু য়েংলম্মী।

ফমুং মথক্তা কি অঙৌবা অমনা থবাক্তগী খোঙ ফাওবা কূপশীন্দুনা হিপ্লিবা মেহরুল্লাহগী মবুক মপাদা জারুল্লাহনা মথুত্তা ছুরী অমা পায়রগা "কর্টে-কর্টে, ডাইল-ডাইল" হায়না মচিন্দা অহুম্লক মন্ত্র শোল্লগা ছুরীদুনা মেহরুল্লাহগী মবুকতা চবুক লাউনা থিন্দৎলম্মী। মেহরুল্লাহনা— "অয়ো ইমা—!" হায়না খঙলাউ হেক লাউরকপগা লোয়ননা অঙৌবা ফিদুগী মথক্তা ঈ-না পূমঙাং ঙাংনা "রা" লাউনা চেম্থরকপদু হেক উবদা নুপা ৭ অদুদি পাথৎতুনা মমীৎশিংদু চেজেৎ খুমজিন্দুনা খাঙনৈ। মখোয়না মমীৎ পাংথোরকপদদি মেহরুল্লাহদো ফাক-ফাক নোক্তুনা ফমুংদগী হোগৎলগা করিস্থ শোক্তবক্তম

লৈরল্লে। মখোয় ৭ মক ওুকপনা থম লেংখে। হৃরানবা মকোক থোংবতুনা জারুল্লাহদা ওনশীন্দুনা হংগুবদনি— "থাও ছুরি) অসিগী চাংয়েং তৌরিবনি। ছুরিসিনা মবুক্তা থিন্দং-তুনা শিররা মীতু মশাদা কুপ্লশা ফিতু ছং হেক লৌথোকপদা অমুক হন্না মীতু হিঙ্গৎপা ওন্নগী মগুণ অমসুং শক্তি অমা ছুরিসিদা লৈ হায় মতু চুম্মরা চাংয়েং তৌবনি অসুম্বা জারুল-লাহনা খুমুপ্মী। মখোয়গী মররুগী অমনা য়াম্না কল্লকনা হংডি— "ইতাও, মসিগী ছুরিসি কদাইদা য়োনবগে, মমলনা কয়া পীবনো ?" জারুল্লাহনা ছুরি অদু মখুম খুমজিন-খুমজিন্না হায়রকই— "এহঃ ইতাও মসিগী ছুরিসিদি ওসিতা থুংল-রিবনি। বাগদাদকী মিত্রংগী ছুরি হায়বতুনি। ঐনা পার্সেল তৌখিবদি য়াম্না কুইরে, শাবা লোইদ্রে হায়তুনা নহানমখে থারক্তবা ওইরমলে। শেলদি লুপা লিশীং ওরায়োম চওখেরে, ইতাও!" হন্দকমুকসু মখোয় নুপা ৭ অদু শগোল অমসুং উরোক্কী মমল হনবকা কাউবমখে ছুরিদু হেক উক্কবদি পামখিবনা লোইরে। ছুরিদু জারুল্লাহদগী লুপা লিশাং তরাদা নমতুনা মখোয় ৭ না লৈখে। মখোয়না হরাউ-হরাউ রাঙী শাতুনা লাকই— "মসিগী থাও অসিবু লৈরবদি ঐখোয়না মীগী য়ুম্বদা শগুন চওতুনা শেল লৌবদা য়ুম্বতু হাত্তোকশিন্নরগা পাখংহন্দুনা কোম্না শেল-থুম, স্না-লুপা লৌবা য়ারনি!!"

মখোয় ৭ মকসু থাও অসিগী চাংয়েং তম্না মশা-মশানা

তৌনিংলম্মী। অস্তুম্না মখোয় ৭ মক মখোয়গী লুচিংবদগী হোরগা পালি নাইনা মাগী-মাগী নুপীশিংবু মেহরল্লাহগী মতৌদু তমদুনা ফম্‌ংদা লোংনা হিপহল্লগা ফি অঙৌবা অমনা কৃল্লগা— "সেঃ শ্রীহাক চ্যুরি অসি চাংয়েং অমা তৌগে, শিগদবকা নত্তে। মত্রগা লোইননা থিনখদোব্রিবনি" হায়না খেমজুনা— "কটে-কটে, ডাইন ডাইন" হায়রগা চ্যুরিজুনা মবুক ম-পাদা থিন্দংলম্মী। মখোয়গী নুপীশিংদু "অয়ো ইমা" হায়না লাউরম্লগা লোইনা খুদক্তা শিরে। মশাদা কুপ্লিক্কা ফি অঙৌবদু ছং লৌথোক্লংদবু মেহরল্লাহগুম্না মবুক্তা শঙৌনগী ঈ হাপ্লা থাও অমা চ্যুরিনা থিল্লকপদা মশাদা চঙদনবা হাপ-তৌদবনিনা ফাক-ফাক নোক্তুনা হৌগংলকত্রে। অহানবা নুপাজুম কনা অমদম্মাগী নুপীজু শিরে হায়দোক্তে। অস্তুম্না মখোয় ৬ অজুগী নুপাশিংজু অহানবগী থৌদৌ অসিগুম্না লোইনা চ্যুরিজুনা থিন্দংপদগী শিরে। মখোয় ৭ মক মাগী মাগী নুপীশিংজুনা মীশি চাদনা শিখিবসিদা মথক্তায় শোক্কখিবনা চাকম-থকফম থঙনখিদ্রে। নোংমা মখোয় ৭ মক পুন্না উম্নবদা নুপা অমনা "ইতাও ৭ মক! ঐগী নুপীজু নুন্দক লৈরকপা। বাগদাদকী মিত্রেংগী চ্যুরিজুনা থিন্দংপইদ অজুম হিংগংলকখিদ্রবো" হায়দোকপদা মখোয় ৬ অজুন্থ মাগী মাগী নুপীশিংজু চ্যুরিজুনা থিন্দংলুবদগী হিংগংলকখিদ্রে হায়না তমখোকনরক্লে। তৌজিক মখোয় ৭ মক শাউখিবনা

মমীত্তা ঈ কাবমখৈ জারুল্লাহ হাৎলদ্রসি হায়না শগোল খূরুপ থাদুনা জারুল্লাহগী য়ুম তম্রকলে।

অসোমদা জারুল্লাহনা করম তৌরি—? মাগী শূমাঙ মতোন্দা মীরেপ অমরোম লুবা কোম (কবর) অমা তৌথোকলম্মী। কোম অদুগী মনূংদা মাগী চান-থকুবা পোৎ-চে মতিক চানা নুমিৎ খরনিগী হাপ্লগা য়াম্না থোবা ছুরী অমস্ত হাপচিল্লগা লৈমায় অদু ফজনা খুমজিল্লগা স্বর হোন্নবা খুবাক অমরোম পাকপা মখূল মচা অমা কাৎলগা থম্লম্মী। নুপা ৭ অদুনা শগোল তোংদুনা লাকপগী ছমিন হেক ফংবগা মেহরুল্লাহদো ওঃ খোংনা কপখৎলক্লে। নুপা ৭ অদুদি য়াম্না শাউনা মমীৎশিংদু মৈবুলগুম্না লংবমখৈ খূদুম শীংদুনা চঙখিরম্মী। মেহরুল্লাহনা কোম মপান্দা মখোঙ-মখুৎ তিংথোক্লনা ফম্রগা মপা তানা কপ্লম্মী ; হৈরানবা খূৎপুদুগী লুচিংবদুনা য়াক্লা হংগি— "ইতাও কদাইদা লৈ ?" লৈপাক নীকপমখৈ ঙংদুনা হায়রকপদু তাবদা মেহরুল্লাহদো খায় লাউনা পাখৎতুনা লৱাই লুতোনগী শম-না চপ য়ুংঙি। খুদাংদা মপী তৈথোক-তৈথোক্লা, তেংথাদুনা খুম্লকই—"হোঃ তাদা ৭ মক ! লাইবক পীবী নচলনা করি হায়নবু খুমলসিগে ! ঐখোয়গী নতাওদো তাদখোয়না লাক্লম্বা নুমিৎতুদা লাইওক্লদুনা নাবদৈ ঙরাং নুমিদাং লাইগী খূয়া তানখ্রেনে, মাঙদগীসি নতাওগী কবরনি" অসি হায়দনা কপ্ল-কপ্লা কবরদা

মখূদোম্বী থিল্লি। নুপা অদুসু পাউসি তাবদৈ শাউরম্বা পূম্বা নেমখদুনা মরূ লূকথদুনা তপ্পা— "ওহ: ইতাওদ, ঙরাং লৈখিদ্রবোইরে" অসুম্না শোল্লি।

মেহরুল্লাহনা পেহৌ-পেহৌ, মপী তৈথোক তৈথোক্লা —"ঙরাং নতাওনা শিরমদাইগী মতমদা অসুম্না ঐঙোন্দা হায়বারম্মী— ঐগী ইতাও ৭ অদু লাক্লবদি ঐগী কবরগী মথক্ত অহোবসিদা অমমমতা মনাকোংদু নোম্থহনবীরকউ। ঐনা শিদ্রিঙেদা মখোয়গা উন্নদুনা পাউমেন্নবা নংহৌদবা রাহৈ থরদং হায়জনিংঙি হায়বীয়ু।" মসি তাবদগী হূরানবা ৭ অদু মপূক্লিংদদি কবি থোকঅগবা থম্না নিংজিং মাঙজিংনরম্মী। মখোয় মশেল হান্না চঙবা কিনদুনা ইন্নরম্মী। মমৈথংদা মখোয়গী লুচিংবদু হান্না চঙহন্নবা মখোয় ৬ না ইনশিনখিরম্মী। অসুম্না অমমমতা ওইনা চঙদুনা কবর মথক্ত অহোবদুদা মনাকোং থম্লগা— "হোঃ ইতাও পূকফবা! নতাও ঐখোয় লাক্লেনে। ইতাওনা পাম্বদু কবিনো হায়বীরক্লোসে, ইতাও পূকফবা।" হিক হিক কপ্তুনা অসি হায়রম্মী। লৈনূংদগী— "ইতাও, ঐনা পাম্বদি অসিনি" হায়দুনা নোম্থরক্লিবা মনা মতোন্দু তাপ পায়রগা থাঙনা থবং ককখিরম্মী। থঙপ্রেক থঙদুনা— "ইসঃ সি ওইরে, ইতাও……" হায়রল্লগা মমীৎ তন্দন পায়বমথৈ চৈনাখোলদু থাঙননবা মথক্ৎ নাম্মনা মনাকোংদু চেংনা মেনশীল্লগা য়েন্নথারোমদা চেনশীনখিরম্মী।

অমুম্বা মথং মথং অমমমতা ওইনা নুপা ৭ হুদু জারুল্লাহগী কবর মখূল অহোবদা নোম্বুদুনা বা হায়রুবদা মনা অনমম ককথংহোরে। মখোয় ৭ মক জারুল্লাহগী যেম্বথাদা পূল্লপ অমুক উনরে। ইকোন-কোম্না চঙলুবা নুপাদুনা পীবাং চেনবমথৈ মখোল নীক্লা— "ইতাও ৬ মক! যেংঙু, ঐগীদি য়েংথংবা না অসি ককহৌরে" হায়রকপদা মখোয় ৬ অদুম্ব লোইনা— "ইসঃ ঐগীম্ব ককহৌরেনে, ঐগীম্ব ককহৌরেনে" অমুম্বা হায়দোক্লরক্লে। ইহান হান্না কবর মখূল অহোবদা হান্না নোম্বরুবা মখোয় ৭ কী লুচিংবা নুপাদুদা মখোয় ৬ না য়াম্না শাউনীংনা হায়রকই —"হেই, ইতাওনা হান্না চঙলু রিবদু, ইতাওগী না অমা হেক ককহৌবগা ঐখোয় ৬ তা ঐগী না অম্না ককহৌরে, নখোয় চঙলু বদু হায়বাবম্লবদি ঐখোয় ৬ কী না শিং অসিমদি ককইল্লমদবম্ব য়াবনি।" ময়ামগী বাকমসি তাবদা নুপাদুনা ময়ামদা ওনশীন্দুনা খুমু কই— "হেরা, ঐহাক ইথন্তগী না অসি ককথবদি নখোয় ৬ না ঐবু 'নাককপা' কৌরোইদ্রা? হৌজিক্তি ঐখোয় ৭ কা না অমমম ককথবনিনা নখোয় কনানম্ব ঐতবু নাককপা হায়ররোই।"

হৌজিক মখোয় ৭ কী না অমমম ককথিবদুগী জারুল্লাহগী মথম্বা লম্বা খুমলাগি হান্না বা তাম্নরম্মী। "ঐখোয়না মীগী বানা তাঙবা লনখুমশিং-ফু বাল্লুবগা লেপশীনখিবা মান-চাংম্ব

অরেম্বদা মহাক্না লোইনা লৌথোকখিবদা নত্তনা ঐখোয়গী সুংশিজরবা ইভূ-ইভুশিংবুস্ত মাগী থোক্কী মন্ত্র অমস্তুং ছুরিগী থোরবা ময়াদা শিহনখ্রবা ; অসিদগীসু হেন্না থবায় চাক্লিবদি ম্যাগী ফিক্রীনা শিরে হায়বদা পাক্তহন্দুনা কবরদা নোঙ্কন্নবদা কৈথেলদা লৈবা ফংদবা ইনা অমমমস্তু মখূংমক্লা ককথংখ্রবনিদো ! অসিমক্তদা হৌজিকপু মহাক্কী মথক্তা করম্না লমন খুমসি হায়রিবনো ? ঐখোয়না মাযথীবতা ওইনা থোক্কনি ঐদি মায়থীবগী মায়কৈদদি য়াওজরবোই” অস্তুম্না সুপা অমনা হায়বকপদগী ময়াম্মক তুমিন্না চৈনাখোল থাঙলগা সুপা অমনা মথংদা মখা তাথরকই— “চুস্নীবো, ঐখোয়না মীয়োন্দা লওশীল্লুবা গুনাহ (পাপ) শিং অদুগী প্রায়শ্চীৎ নিহে। হৌজিক ঐখোয়না জাকুল্লাহদা লমন খুম্নবা হেক হোৎনরুবদা ঐখোয় ৭ মক থবায় মাঙবা য়ানা লৈ। অদুনা ঐখোয়গী লন-থুম, সুংশিজরবা ইভু অমস্তুং ইনা অমমমসে মাঙখ্রবস্তু হৌজিক্তি ইথবায়তদি জাকুল্লাহগী মথক্তুগী হিংহৌনবা চেলহৌরসি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোক্তননবা মভূংদদি মীগী মপোৎ ছুরানবা অমস্তুং শগুন চঙবগী থবক থাদোক্লসি। হুন্দক থোক্কখিবা থৌদোক অসিগী মরমদা ঐখোয় ৭ মক কনাদস্তু লৈথোকনরোইসিকো” হায়নবগা লোয়ননা সুপা ৭ অদু মশামশাগী শগোলশিংদু তোংদুনা মকম থঙদনা চেন্নখে। অস্তুম্না ছুরানবা খূংপু ৭ অদুগী তৌবা ভুম্না শক্তি মাঙহনখি।

# ৩ ॥ জারুল্লাহ সেহরুল্লাহ খংনবা

সেহরুল্লাহ মদি অয়ুক্কী মেহরুল্লাহনা চাক থোংলিঙৈদা মচা অপীকপড়ু য়াম্না কন্না হেক কপখৎলক্লে। থেম্বা য়াদ-বমথৈ নীংঙাই তৌড়ুনা অঙাংড়ু ওঃ খোংনা হেক্তা মকপখে। অসোমদা মমা মেহরুল্লাহস্ন য়েঙ্গাং ঊত্তি থোংবগী লময়োনা বাবি— 'ঊত্তি ওৎপা' হায়বা মতাংড়ুগা মচানা মথোং মরম খঙদনা কপ্পগা তাঙ্গা চাননা ফাংনরেদো। মৈ অমুক শেম, ঊত্তি অমুক ওৎ; মচা কপ্পা অমুক থেম মেহরুল্লাহ বাবগী পন্দোন লোম্মে। মশম মনা ইফা-কানা অঙাং অড়ু মনঙলদা ছৎ পোখৎলগা লময় য়ুদা হুঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা মচা কপ্পা থেমড়ুনা লৈরে।

খুঙ্গং অড়ুদা 'সাফুরাহ' কৌবী ইকাই খঙদবী চাতুরাই অমা লৈরম্মী। চাক্তাংবা, কুম কাংবা, লৈবাক বাবা মতমদা অসিগুম্বা মখলগী শূনিংদবা মীওই কয়া খুঙ্গং কয়াদা থোক্লক্তবা নৎতে। হন্দকী সাফুরাহ কৌবী চাতুরাই অসিগী মত্তিক

মথৌনাদি— ফিভম তাঙ্গা য়েংলগা মীগী ইমুংগী হাল-চাং খণ্ডদোক্লগা নোংমা ইমুংতুদা ছং চণ্ডশাল্লগা মতৈ মনাউগী মরম্তা মতূদা কক্ মৰাদা কাক্ শীকচিন্দুনা অমদা অমা তমশিন, অমদা অমা হুঞ্জিন অসুম্না ইমুং মহা লাওহল্লগা মচুগী খুদোং চাবা লৌতুনা মচিঞ্জাক পুৰিবী সাফুৰাহনি।

জারুল্লাহগী ইমুংদা হন্দক মশাগী হুমাংমন য়াওদনা ফিক্রীগী পাৰৈনা ম্না লুপা খৰা চণ্ডখে হায়বা পাউনিলখোলসি তারতুনা ইবেম্মা চাতুরাইসিনা অমুক্তং লেওশিনবা য়াননবা থৌরাংলকপা কুইরবনি; অসুম থোকউ হায়তুনা নুমিৎ অতুমদি ইপন-পন্থদনা জারুল্লাহগী য়ুমদা মেহরুল্লাহনা ঊঙ্গি ওংলম্বা তোকতুনা অঙাং থেম্লিডৈ তাঞ্জা অসিদা ফং ফাওজিল্লকলে।

নুমিৎ অতুম্মতং লাকথোক্তনা লাকপগী থৈহাক্তং ৰারী ৰাইতাই শানৰবগী তুংদা ইকাই খণ্ডদবী চাতুরাইসিনা মেহরুল্লাহ য়েংতুনা হায়রকই— "ইবেম্মখোই, ইনম্মনা নঙোন্দা পাউ অমতং তম্বীগে হায়না খল্লকইসি ফনা কুইরক্লে।" মেহরুল্লাহদু লাংতক্লবগা লোইননা—"করি পাউনো তম্মুনে, ইনম্মা! ইপামলোমগী পাউরা, ইমাবু নাই হায়রকপ্রা?" অসুম্না হংলকপদা সাফুৰাহনা— "হেরাঃ ইবেম্মশা নপামলোমদকা চংচ লাকচরুবা ওমজপোৎ নত্তেদা। নখোয় ইমুংগী পাউনি" হায়না খুল্লকই। মেহরুল্লাহদু য়াম্না নীংজিং মাওজিংননা

তকশীল্লকই— "অদুবু করি পাউনো ত্রো হায়বা ?" য়াম্বা চিং-লেম্মা সাফুরাহনা হায়রকই— "খওদ্রেদা মসিদ্ নঙোন্দা হেক তমথোকলুরগা ইমুং-মনুং খংনদুনা কনাগী উয়ার-মেলা শানদুনা ॥ অদুদগী অমুক কনাগী পাউদগীনো হায়না খীংং-নরকপদৈ ঐনা তমশীল্লম্বদগীনি হায়দুনা ঐঙোন্দা অমুক তাইনবীদুনা চৈরাপ-কুচু য়োনবদি শোয়দে !!"

মসি তাবদৈ মেহরুল্লাহনা—"হোঃ ইনম্মা, মদুগীদমক্তি চিংনবীগনু। ঐ করিমতা ইনম্মগী মরমদা মুকহায় হেক হায়দোকজরোইসে" অসি হায়দুনা মেহরুল্লাহনা তকশিল্লকপদগী চিরোন-চংপী চাতুরাই অদুমু থথাগী অরাইবীদি নত্তবনিনা হান্নদগী হায়ননবা শেম-শারকপদু মী-পোং লাকপ্রা হায়দুনা চেপথদুনা মুম্না যেংলম্লগা মেহরুল্লাহগী মনাকোং ময়াদা শোন-থাংননা—"ইবেম্মা, নঙগী মুপাসে য়াম্না ওকত্রে'হে" হায়রম্মী। মেহরুল্লাহ মতু মমান চপ য়ুংখিবগা লোইননা মিহুল-থাহুল অপূম্বা খং-খং লাউনা হুনখি। চাতুরাই অদুনা মগা তাথরকই—"নয়ুমদগীদি নোংমতা কাংদনা অমুক নুংথিল হায়বা লৈতনা কি-রোল নাম্না শেং-ইন্দুনা থোরকগা আঃ থোংথোঙ কৈথেলদা চৌকিদারগী মচানুপী হঞ্জিল্লকপী অমা হোটেল ফল্লিবদাই ? মদু কোয়রিবনি হায়দুনা অরেম্বদা শেল-থুম, হুন্দোক্তুনা লোইরবনিহে ! কদাইদগী শেলনো খঙদেনে, মহাক্না হোটেলদুদা নুমিৎ চুপ্পা ক্ষমদুনা চাদুনা

খরচ্ তৌথোক্লিবতুদো ? য়েংঙোই অপঙবী, নঙতনি নচা ময়ামসিগা হয়েং রাজগদবা, ঐ:পোয়না ঙসি তৌরিবসি নমীৎনা উৱেদনা। খুল অসিগী মীওই কনানা নঙোন্দা মসিগী রাফমসি হায়বীরবগে ? ঐতন্ন ইশাদা পানখিবা চৈনাখোলদু নিংশীংবদে নখোয়না মাঙলবদি ঐগীস্তু অমাঙবনি খন্দুনা তুমিন্না হায়বীররিবনি। করিগুম্বা মসিগী রাফমসি ঐনা নঙোন্দা তমশিল্লম্বনি হায়বা জারুল্লাহনা শঙলকপা থোক্লবদি ঐগা নখোয়গা পুন্সি চুপ্পা থোঙজিল কক্কগদৌরিবনিকো !”

সাফুরাহগী রাতু তাবদে মেহরুল্লাহদো মমাৎ কুপ্তবমথৈ উতিংবগুম লেপ্তুনা লৈরম্মী। ফনা কুইনা লৈরগা মচিন্দা তপ্পা শোল্লকই— “হোইনে, ঙসি ১০/২০ নিরোমসি মহাক য়ুমদগীদি অয়ুক ঙন্না ফি-রোল কেনা-নাম্না শেৎ-ইন্দুনা নাতৈ চাবা কারবার অমতা থিরুগে হায়না তেক্তা মচংখি। ঙসি-মকস্তু চংখিবনি। হল্লকপা মতমদদি নাতৈ চাবা কারবারসি অমতা থেংনদে হায়দুনা পুথোকখিবা শেল-থুমদু অমফাওবা লেপ্মক্তবমথৈ হঞ্জিল্লকলিবনি !!”

সাফুরাহস্তু মাগী লৈজবা লৌশিং পুথোক্তুনা মেহরুল্লাহবু মখূৎ চন্নবা হোংনরি। মখা হাথরকই— “ইবেম্মা নখোয়গী শগোল কারু অমা য়োনখিবদুবু মমল ফনা কাউশংনা য়োনখি হায়বদাইনে ? অতুননি, শেল থবা পাংরবনি হায়দুনা চৌ-কিদারখোয়গী ইমুংগী মীশিংনশু মহাকপু মোইথেম তৌদুনা

শেলশ্রিংদু চুপথোক্হৌবা য়াননবা চা, বোড়া কাংঙৌ মরাঙ কায়না পীজদুনা থাক্লবনিহে !" ৱাহৈ ময়ামসি ব্রেং-ব্রেং ঙাংলল্লগা চাতুরাই ইবেম্মা হন্ননবা থোরাংলকলে। মেহ-রুল্লাহস্থু—মচা-মৱাগী কা ; লৌরী-শিংজা কাদা মীনা য়েৎ-লকপদা মাড়জোননা, লোম্না পাউ পীব্রবগীদমক্কি হায়দুনা বক্সিস ওইনা চাতুরাইগী পেন্ননবা মাগী ঙমজবী চেং, হৱাই, থুম, থাউ নিংথৌনা য়োমদুনা শরুক তমখে ।

ঙৈহাক লৈরগা জারুল্লাহ হনজিল্লকলে। মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরগা মপান্দা থোরকপমক্তদা মেহরুল্লাহদু নুমিৎ অদুমদি হংগে অমা য়াওনা হংখি—"কারবার হায়বদুবু থিবা ফংলব্রো ?" জারুল্লাহনা মেন তানা খুম্লকই—"নাতে চাবু অমতা লৈতেনে।" নংহৌরোই মতাগুম মেহরুল্লাহনা লাউরকই—"হোঃ হোটেলদা ফমদুনা চান্নবী শকহেনবীগা মুংশি পাখোং চন্নরিঙৈদগু কদাইদগী কারবার নাতে চাবা ফংলুগনি ? মদুনি কারবার !" জারুল্লাহনা ইঙক-ঙক্কা লাউরকই—"এহঃ কনাগী হোটেলদা ? ইমুম ফাওবা নিংথৌনা শেমজিন্-শাজিনবা ঙমজদ্রিবা, নথস্তনা পোকপা ইচামখে ফাওবা য়োক-থাকপা ঙমদ্রিবা ঐনবো মুপী অনী লোনবা। তুম্মিন লৈয়ুকো পেম্মা ! নও ঙসিদি হায়খে, মতুং হায়জ-ল্লাকচনুকো নচীন নয়াথং কায়দনা মুপী লোনহনগে হায়না শীনগদু।"

মেহরুল্লাহনা শাউরংননা লাউরকই—"ইসঃ ঐবু য়ুমদা লৈবনি হায়দুনা নঙনা তৌরিবগুবু খঙলোই-উরোইদবগুম নীংবরা ? চা, বোরানা নপুক থল্লবনিনা হৌজিক্তি চাকসু লাম্বকা কাওরম্লরোই।" জারুল্লাহদু নোকফেৎ তৌই মাগী নুপাগী ফিভমদু উবদা। হায়রকই— "কদাইদগী চা, বোরানো নঙনা হায়রিবদুবো! সেঃ ঐ চাক য়াম্না লাম্লপোৎনি, চারগে খরা থুনা থিরোসে।" মেহরুল্লাহনা ফেৎ তৌদুনা— "হৌজিকপু ঐনা খোংবা চাক-ইঙ্গাংবু চানিং থক্লিংখিগদ্রাও ?" হন্দক্তি জারুল্লাহ শাউনা লাউহংলকই "হেইঃ থবক চৎলুবগী রানা হনজিল্লকপা মতমসিদা করিগীনো নহাক্না অসুক য়াম্না ঈশৌ লাংলিবসিবু" ??

মখোয় অনীমক তপথনবগী মহুত্তা কন্না খোল রাউনবগী পাৈখ অমদা চঙশীল্লরক্লে। অরায়-অথুল্লা ইমুংদু নীনখ্রে। মেহরুল্লাহনা হায়রকই—"হোঃ হৌজিক্তি ঐবু ঈশৌ লাংবীনিবু হায়রবসু হিংচাবী চঙবীনিবু খোল্লবসু ইপক পক্লে। নঙগী খুশী ওইরে। ঐবু পামদদুনা অতোম্বী অমা থিনি হায়রবনিনা ঐনা থোংবা চাক ইঙ্গাং পীজবগী মথৌ তাদ্রে। য়েংঙোই, নঙগী খোইদাজবীদু কৌরুরগা চাক থোংহল্লগা হেক চাবীয়ো। নঙনা পাম্বীদ্রবী ঐবুদি ঙসিমক আঃ ইপামদা খুনা থিনবীরো" অসি হায়দুনা লাউ-খোংবগা লোয়ননা পোৎচৈ চায়খায়বা হৌরক্লে।

জারুল্লাহদো শাউরোই হায়বা য়াদ্রমাল্লে। মেহরুল্লাহদা ঙৈহাক মুম্না, খানা য়েংলম্লগা যম্থোংগী ফল্লাংদা ঙাহুনা থম্লিবা লীচৈদু পুথোরম্লগা মেহরুল্লাহগী মনঙ্গন্দা কারন্ লাক্কুনা দাম-দাম ফুথরক্লে। চৈনাখোল ফংলবদুদদি— "অয়া ইমা শিরে" হায়দুনা মেহরুল্লাহদু ময়াঙলেন তেক-থোক্কুনা মনীংথোঙ ফাওদুনা য়েন্নখাদা থেক্কুনা চেম্থোকখে। মসিনি মৰা-মপুরোইবনা চথোকলুবা হঙ্জিল্লকপদা য়ুমগী নুপীনু শৌ-শৌ হেক লাউরবা অসুম্না তৌবদি মশোয়দ্রে। "লৈকাই চীরোল ইনবা নুপীদি নম য়োল্লি" হায়বদু হন্দক মেহরুল্লাহদা চপ-চানা থোক্লে। য়েন্নখাদা ফমদুনা কপলম্বদে মহাক্না গুসাই অয়ুক অঙনবদা ৰানা হোৎনজদুনা লিংশীঙ্গখিবা খামেন চারশিংদু উক্রবদগী অমুক খোয়শাউ-লীনশাউবা হেনগৎলক্লে।

চৈনাখোল অদু নামনখিবনা অফ-ফত্তা ৰাখল করিমত্তা খন্থবা ঙমহৌদনা— "সেঃ ঐনা থাবা খামেন পাম্বীনি। ইশা লৈবা ফংলরোইদৌবদা মীনা চাহৌননবা করিগী হৌহল্লম-গদৌরিবা? ফোয়দুম ফোয়দৎলমগে" খন্দুনা থাবদা ঙাইখ্রিবা খামেন চারদু কাংখুন্দগী ফোয়দংলে। হুদোকখিগে তৌবদদি ৰাখন অমা লাকঅমাল্লে— "হিঃ ঐখোয় অনীগী ঙসিগী থুংথংনা মতাসি ইবাম্মিমক চাম্না খায়নগদবসু মান্দে। অসিবু হেন্না শাথীনা থংনখিবা কোঙ্গায় খায়নরক্করবা ইবাম্মি-বো? ৰানা থিজরুরগা লিংশীঙ্গখিবা খামেন চারনি।

তাংদাংবা অমা খঙদ্রিমথৈ কংহনবা য়াদ্রি” খন্দুনা থামৈন চারদু য়েন্নখাগী লফু মংগোও উরুমদা নিংথীনা অমুক ঙাশিন্দুনা থম্নে। মেহুরুল্লাহগী মতৌদু অসোমদা জারুল্লাহনা মনীংথোঙদগী লোম্না য়েংলগা মথন্তা থীক-থীক নোকলিবোইরে।

মেহরুল্লাহদু অসুম থল্লু-থল্লুরগা মপূক্কিংদা ইকাই নুংশি য়ান্নরকতুনা মচা অপীকপদুমা মনঙ্গলদা পোখৎলগা পোৎয়োম মচা অমা য়োমশীল্লগা— মপামদা চৎচখ্‌গে জারুল্লাহবু মতৌম্বীদু লৌরুরগা নুংভাইনা পালহৌরো হায়রল্লগা ইমুংদগী মপান্দা থোরকই। জারুল্লাহনা ফুংনাক-পান্দা মথন্তা চাক থিদুনা চানা-চানা মহাক্কী হৌনবী ফাগি ওইনা লাউরকই —“হাই, তারিব্রা? নহাক মাঙ্গোলদগী শূমাঙদা হেক কূমথখিবদা য়ুম অসিদা অগুক হুমা চঙলকপা ইকায়জনিকো, নহাক মসি খঙঙ্গে।”

মেহরুল্লাহদু করিমতা রাওই-থওইদনা চৎতুম চৎকে হায়দুনা শূমাঙ ফাওবা ছৎ কূমথরে। শূমাঙদগী থরা চশ্থোরকপদা জারুল্লাহনা অমুকন্সু লাউরকই—“হোঃ নঙরুনে, এনা হায়রিবসি? শূমাঙ মতৌন্দগী হেন্দোকতুনা থোঙ্গাল হেক য়ৌখিবদা নশা নথন্তনা ইমুংসিদা হুঞ্জিল্লকপা য়াদ্রবনি, মসি খঙজৌ।” হন্দকসু মেহরুল্লাহদু করি’মতা নাচুংবা লৈতনা শূমাঙ মতৌন হেন্দোকতুনা আঃ থোঙ্গাল য়ৌনা হেক মচংখে। জারুল্লাহদো য়াম্না শাউরংননা মেহরুল্লাহদা য়াক্না লাউরকই—

"লমহেনবী, নহাক ঐনা হায়বদা থওই-উশীত্তনা চৎলেদনা ? অদুবুদি, ফৈ থগুগনি। থোঙ্গাল (কোম্হোং) অদু ৱাংমা লাম্হোকহুনতা মচৎখোকো। য়েংঙু, হন্দক অরোইবা ওইনা হায়রবনি— কোম্হোং ৱাংমসি ঙসিগী নুমিত্তা হেক লাম্হোক-লুবদা নহাক ঐগী ইফমদগী তালাক্ (অরোইবা খায়নবগী দলিন্) ওইরবনি। নহাক্না অমুক হঞ্জিন্নবা মথৌ তাদ্রে থগুঙু ! মসিবু ঙমদ্রবদি ঐহাক জারুল্লাহ নত্রে ॥"

জারুল্লাহগী অকোনবগী ৱাহৈসি তাবদৈ মেহরুল্লাহদো মখোঙ থাওজুনা চৎপা ঙমদ্রে। মথন্তা অমুক হঞ্জিল্লকদবসু ইকায়রে। ফনা কুইনা থোঙ্গালদা লেপতুনা লৈরে। ইকায়-খাঙদগী থোঙ্গাল ৱাংমা লানসি কদাই, মীগী চীরোন থাজ-রুজুনা নমসু "পোপ্পা, মপাম চাক্তাবা" হায়বজুসু হন্দক্কী খোঙকমসি থোকদৌরি। লোয়নবা মচা শেৎনবা তারি। অমহিকসু মহাক্না থাজরুখিবাসিনা লাল্লম্বা থোরবদি মপুরোই-বমা মহাকপু অমুক লৌশিনবগী ৱা লৈত্রবনি। চৎলোইসি হায়রে— মপুরোইববু মরাল শীরম্লগা মপাম চৎলনি হায়জুনা থৌনা ফনা থোবক্লগা করম্বা হেক্তা হঞ্জিনগনি ? মেহরুল্লাহদো ৱাখলনা ফুম্বংনরে। কুচু-কুমেন ওনখে।

ঙৈহাক লৈরগদি খোঞ্জেল থোক্লা, হৌনা তেংথাজুনা কপখৎলক্লে—"হাঃ পলেম নুংশিবী ! নমোমগী অৱাবসি নহাক্তি উবীদ্রবোইদো ! সিবু ঐতনা হায়সিন্নরিব্রা— কৈরোই

লৈকাইগী মৌনহাশিংসে মখোয়-মখোয়না মতৈ-মনাও থংনদুনা মপামদা চেনবদদি ঐনা ইথৌমক ওইনা মখোয়বু থংনদনবা থেংমদুনা ময়ুম-ময়ুমদা কম্লারক পুশিনবীবনি। ঙসি নমোমগী পোক্লবা মতমসিদদি মখোয় কনা'মতনা ঐবু নঙ চংথিবা য়াদে হায়না থেমদুনা, ফাদুনা পুশিনবীনবা লৈত্রেনে !।"

থোঙ্গান্দা মেহরুল্লাহনা তেংথারিবদু য়ুমলোম্নবা ইমুংগী মাঙ্গোলদা কমদুনা পায়া শিরম্বা অহল অমনা তারক্লদুনা মচা-মমৌশিংবু কৌরগা লাউরকই— "হাই, নখোয় নুপী কনা কনা লৈবগে ? মেহরুল্লাহসি জারুল্লাহগা থংনবদে মপামদা চংলনি থোরক্লিবসি নখোয় অমতা উদ্রবরা ? মপামদা চংপসু ঙমদা হঞ্জিল্লকপসু হেক য়াদদুনা মহাকপু থেমদুনা ফারগা পুশিনবীনবা লৈকাইগী নুপী অমকাওবা থোকপীরকত্রে হায়না থোঙ্গালদা তেংথারেনে। হোঃ নুপী খরা পোক্লগা কৌশিন-বীরুনহে !" অহলদুনা কৌবা তাবদে মৌমখৈশিংদু চেন্থোক-তুনা মেহরুল্লাহবু "নঙ নপাম চংপা য়াদে" হায়না খামশিন্নদুনা থোঙ্গালদগী থেমদুনা ইমুং তম্না কোল্লগা পুশিনবীরক্লে।

য়ুমলোম্নবা ইমুংগী মৌনহাশিংসু ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। জারুল্লাহ মথন্তা চাক চাবা লোইথোক্লদুনা ফংনাক-পান্দা কম্নগা মখ্যাং মৈ য়াইবা ওইনা মমায় মখা ওন্থোকতুনা হিদাক থক্ল-থক্লা মোন্দা নুংঙাইনা ফম্লি। মেহরুল্লাহদি ইমুংদা চঙলক্তুনা জারুল্লাহগী মাঙদা চাক চারবদি ইকাইরদুনা

মাঙ্গোলদা ইয়োং-ফি শাডুনা লৈরে। ঙৈহাক লৈরগা মেহ-রুল্লাহনা ইমুং লোমদা মমায় লেডুনা য়েংশিনখিবদা ওম্থোকপা থৌদৌ অমা থোক্লম্লে। ফুঙ্গাদা মতুং ওম্থোক্তুনা মথ্‌ৎ মৈ য়াইরগা হিদাকফুদা হিদাক থক্লিবা জারুল্লাহগী কৈজোমডু তুংগী নাম্মৈ মঃতোন থংবা শরুক অডু ৱাম্মৈদা তাডুনা মৈনা খর-খরা চাক্তুনা লৈরম্বডু হেক উক্লরে। "ফি মৈনা চাক্লে" হায়গদবমু হৌজিক্তা শাথীনা মহাকপু ফৃখিবডুগী খল্লুবদা ইকাই-খুংশি, পূক্লৌ-ৱাক্লৌ য়াম্নডুনা হায়দোক্লিংদ্রে। অডুমদি ওইরগা হায়দোকলোইসি হায়রবমু ইক-ফরিবা কৈজোম অডুমা অরেম্বদা মৈনা চাক্তুনা শিজিন্নবা য়াররোইদবডু হেক খল্লুবদা অমুকমু পাম্মুরক্লে।

অমুম্না তাকসিরা, তাক্লোইসিরা খনবদা মেহরুল্লাহদো মহাক্লা শারিবা ফিডু মমীত্তা উরক্তে। মমৈথংদা হায়দোক্তবা ইয়া-রারক্তবদগী য়াম্না ফবা উপায় অমা উচিন-নাচিম্না পুথোক-চরে। জারুল্লাহদা মমায়দি য়েংদনা ফি-শানা শানা মখোল থোক্লা শোল্লকই— "আঃ ঐখোয়দি মাঙ্গোনদা ফি শানা-শানা ইমৃংদা ফৃংনাক পান্দা কম্লগা হিদাক থক্লিবা মীগী নাম্মৈ মৈনা চাকপফাওবা করি অমতা য়েংদ্রবমু নাম্মৈ মৈচাক্লে খঙবীবা জাৎনি!" মসি তাবদে জারুল্লাহডু ইফিং-ফিংনা—"ওঃ ঐখোয়মু খঙজে। মৈ থাগে হায়ডুনা থাদোক-লম্বনি" হায়রগা কৈজোম ফিনাডু মৈনূংদগী ছুৎ চিংথোকখি। ইথং-খঙহৌদনা মতৈ-মনাও অনীমক মমায়-মমায় ওনশীন্নডুনা মীৎচান্নবা য়েংনম্নগা খোঙ্গেল হৌনা নোকমিন্নখি।

# ৪ ॥ লৈম্লৈ থরাক্লা নোকপা

জারুল্লাহগা মেহরুল্লাহগা মখোয় মতৈ-মনাউ অনীমক্লা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা মীৎ চান্নরা য়েংনবগা নোকমিন্নরদু হেক লোইথরকপমক্তদা ওসাই থংনরুবগী অশাউবগী মৈরীদু মপুং ফানা নেমথদ্রিদৈগী চৈরকসিদা জারুল্লাহনা ফাগি অমা তৌরকই— "ইসঃ ওসিগী খুৎনোক মতাসিদি— লেম্লৈ থরাক মতৈ-মনাওনা নোকপা হায়বা রারীদু থঙনীং নিংশীং-শকইদা !" মেহরুল্লাহনা য়াম্না ইকাই-নুংশি য়ান্নরা, কোইরপ্পা হংঙি—"হাইমা, লেম্লৈ থরাক্লবু নোকপ্রনে ?" জারুল্লাহনা মায়খোঙ মকা লাম্না খুল্লম্মী— "নোকই, লেম্লৈ ঙাদি নোক-হৈদে হায়বা লৈব্রা ? মসিগী য়াম্না নুংঙাইখ্রবা রারী অমা নোংমা ইপূ ৺সারফনা লীবীরম্মী।" মেহরুল্লাহনা ফি শানা-শানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই— "লেম্লৈ, থরাক্লা নোকই হায়বা রাসিদি ঐখোয় ওসিতমক ওারি। মসিগী রারীকাম্থ লৈরিবোইরে ?" মেহরুল্লাহদু শাউরম্নদগী থরা থরা নেমথরে

হায়বসি জারুল্লাহনা খণ্ডলে। মসিগী তাঙ্গা য়েংলদুনা মেহরুল্লাহবু ম পূক্লিং ফাথবা ওইনা জারুল্লাহনা ৱারী শীথরকই ঃ

থাইনা মমাওইৱেদা খুঙ্গং অমদা হনুবা-হনুবী অনীথক্কী মচা মুপা অমতং পোকখবোইরে। হনুবা হনুবী মখোয় অনীগী নক্কবা মরী-মতা, মচিন-মনাও অমকাওবা খুঙ্গং অদুদা লৈরমদে। মরম অসিনা মচা নুপাসিবু মীরোল তারকপদগী পাথং ফাৱবক্কাওবা য়াম্না চেকশীন্না ময়ুমদগী হেন্দোক হন্দনা মপানগী চংনলোন করিগুম্বা অমতা খণ্ডহন্দনা য়োকলকই। মপা-মমা অনীগী থম্মোয়দা দি মচা নুপানা নোংম-নোংমগী শরেপ-কাংদোং ফারকপা উরগা ৱৈহাক্কা মপূক্লিং লৈতানা পোত্থাজবা ফংদে। মখোয় অনীমক্কা খল্লি— "খুল অসিদা ঐখোয়গীনি হায়বা কনাসু লৈতে। তম্না-মীরক তিনবা হায়বসিদি তম্বা ওমদে কনা লৈজদবা হনুবা হনুবীগী মচানি খন্দুনা কৈরোই-লৈকাইগী শামান-লেংমামবশিংনা উশীং-খওইদনা সেঃ গা, মাইঃ গা শয়েং পাঙ্গোম ইমদুনা করিগুম্বদা ইচা মুপাসিবু ক্রূবী-চৈবীরক্লবদি— পাঙ্গল শোনবা হনুবা-হনুবী ঐখোয়নিনা করম্না ইচাগী শঙ্গন চণ্ডদুনা লমন খুমলুগনি? লমন খুম্বা ওমদ্রে পাংদবা তাদুনা তোক্কনি।" অসুম্না মচা মুপাদুবু ময়ুমদগী চখোকহন্দবনি। পাথং অসিগু মপা মমাগী মাথং ইন্দুনা মতম অসুক কুইবসি ময়ুমদগী খোক্কাপ মফৈ অমকাওবা হেন্দোক্কনা লেল্লকই।

নোংমদি অস্থম থোকউ ছায়দুনা মপা মমা অনীদু খুল অমা লান্না লৈখ্রবা মখোয়গী মরী-মতাশিং থোকপা ইমুং অমদা অনাবা অমা য়াওবদগী অনাবা হংবা ওইনা চত্তবা য়াদবদগী চংখিরম্মী। চংলমদাইদা হনুবা-হনুবী অনীমক্কা মচা নুপাদা য়াম্বা চেকশীন্না মযুমদগী খোঙ্কাপ মফৈ অমফাওবা হেন্দোক্তনবা কন্না শীন্নরম্মী। মপা-মমানা হায়রিবৈ মতমদুদদি পাখং অদুসু হরাউ-হরাউনা য়াদুনা লৈহোরে।

নহালমখৈদি মযুমদগী চখোক্তনা লৈরক্লবসু মপা মমা লৈবনিনা মওং অমদা মনুংঙাইরম্মী। নুমিৎ অদুদি কনা লৈত্রবদুদা মথন্তা চিক্কা লৈবদু হৈনদ্রে। মাঙ্গোলদা অমুক ফম, শৃমাঙদা অমুক লেপ, ইমুংদা চঙলগা ফমুংদা অমুক হিপ্রুনা মতম লেনবদু মঙোন্দদি তেনখ্রবা নোংমগী মতমদু শাংলবা চহী কয়াগা মান্নবা খল্লক্লে। মমৈথংদা মহাক্না মপানা হান্না শিজিন্নরম্বা নুপা ঈন অমা য়ান্দুনা লৈরিবদু হেক উরুরে। থোকতবা লাকচনি খন্দুনা ঈন অদু মরেংবান্দা য়ানশিল্লগা ভূঙ্গোল অমা মখ্রাংদা কিশীল্লগা মযুমদগী থোরকই। অস্থম লাকপনা ভুরেল অচৌবা অমথক, (অরাং-দগী খা-পাংনা চেনবা) থেংনরে। মহাক্নী ঈনদু ভুরেল অদুদা হুমনবা শেম শারম্মী। মপানা মখোয়গী পুখ্রীদা ঈন হুনবদু উবখক নত্তনা মশানদি মপোকৈঙদগী অমুক ফাওবা ঈন হুল্লক্তরিবা মহাক্না নুমিৎ অদুদা হুনবদদি নিংথীনা মওং

তাবা ঙমদ্রে। ঈন অহু মওং তানা হুন্দ্রবনিনা ঙা অমফাওবা লক্করে। শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোনবমখৈ য়াম্না ৱানা হঙ্গিন-হঙ্গিন— "বাবাখোয়না হুনবদু সুমদোৌননিকো" খন্দুনা হুঙ্গে। অতুম ওইনমক ঙাদি অমফাওবা ইলক-লক্করে। মমৈথংদা লাইবক ফবদগীবু ওইরিব্রা, ইথা-থাজদনা থরাক অনীথক পাথংদগী ঈনদা য়াওরক্লে। মদ উবদৈ হরাউবনা লুতোন কাখে।

ওস্থোকপনি, ঈনগী থাউ মনূংদগী থরাক অনীদ লৌথোকনবা হোৎনরিভৈদা শঙহৌদনা থরাক অনীদনা ফাক-ফাক নোকপগুম্বা অহৌবা খোঙ্গেল অমগা লোইননা ঈশিংদা ফ্রুং-ফ্রুং চোংথখে। পাখংদ ঙকপনা খম থেঙলে। মপুন্সিদা নোংমদদং ফাদোক্কনা ঙা ফাবা চৎলুবদা মখূত্তগী লেম্লৈ থরাক অনীদ নাস্থোকখিবগী নুংঙাইতবা ৱাখলকা অমতা খনখিদ্রে। "লেম্লৈ ঙাসিবু নোকপা হৈব্রা? ঙসিগী থরাক অনীদগী খোঙ্গেল অদুবু নোকপা ওইরোইদ্রনে? ইসঃ মখোল থোকপা ঙা অনীদদং ঐবু ফাবা ঙমজহৌরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগদবা!! অমুক্কংগা ঈনসি হুনদনা হৌজিক্কী থরাক অনীদ লকপরাদুম য়েংখিগে" অসি খন্দুনা তুরেল লৈরায়দা মচুবা মেত্তুনা ৱাখল তৌরম্বদগী হৌগৎলক্লে।

ঈনহুন মঙা তরারক হুল্লবা ফাওবদা অতোপ্পা ঙাকুপ খরা খরা নত্তনা ঙসাইগী থরাক অনীদুদি য়াওরকখিদ্রে।

“হন্দক হূনবসিদা করিগুম্বা য়াওরক্করবদি য়ুমদা চৎলগে” খন্দুনা ঈন অদু খোঙফম কয়ারক হুল্লি। অদুবু, য়াওরক্কবগা অমুকস্থ হুনখিগে হেক্তা মথল্লি। অস্থমনা নুমিৎ তাশিল্লকপা ফাওবা খঙহৌদ্রে, মমশিল্লকলে। ময়ুমদা হল্লকপদা লম্বীদা মথন্তা মওন-মওল খল্লকই— “থরাক অদু লক্করবস্থ ৺সাইগী ঙাকুপ থরা থরা য়াওরকপদু ভুঙ্গোলদা হাপচিল্লম্রবদি ফনদুম য়ামলগনি। মদু য়াওরবদি ঐবু ‘করিগী ঈন হুনবা চৎলুরিবনো’ হায়রবস্থ ইমা, বাবানা করি’মতা শাউররোই” অসি খন্না খন্না ময়ুম তম্না হল্লক্রে।

অসোমদা হনুবা হনুবী অনীনা ময়ুমদা হল্লকপদা মচা নুপা লৈরমদবদে ইপা-পাখংনথে। কৈরোই-লৈকাই, য়ুমলোম্নবদা কোয়থোকখিব্রা খন্দুনা হনুবা হনুবী অনীদু শমজি খায়দুনা মখা-অৱাং, মনীং-মমাঙ কোয়চেন-চেন্দুনা মচা পাখং অদুবু কোয়কৌ কৌদুনা থিরে। নুমিৎ তাশিল্লকলে। থিবদা ফংমল্লক্করবদা মখোয় অনীমক মথৱায় ৱানা কপকপতুনা মৈনম চমদুনা লমজাওদা মচাবু কৌর-কৌরদুনা লাকপদা মচা নুপাদুস্থ ঈন-ভুঙ্গোল পূরগা ময়ুমদা হল্লকপদা থেংনরে। মচাগী মশক হেক উবদা হনুবা হনুবীদু নেঃ তাই! “ঐখোয় লৈতবা মতমদা য়ুমদগী চথোক্তনা লেঙদনা লৈরম্মু, হায়রগা নহাকপু কদাইদা চংলুরিবনো” হায়না হনুবদুনা মচা পাখংদুবু চৈ-শাংলদুনা ময়ুমদা হনমিম্নরকই।

ময়ুম হেক য়ৌবগা পাখং অদুনা মপা মমাদা হায়রম্মী—"ইমা, বাবা ! নখোয়না ঐবু পীক্লিগৈদগী ওরাং ফাওবদি য়ুমদগী হেন্দোকহন্দনা থম্মীরক্কে। ইথন্তা য়ুম অসিদগী চথোক-হন্দবমখৈ লৈবসি মুংঙাইরক্কবদগী মপান্দা চথোক্লগা খরা মুং-ঙাইগদ্রা খন্দুনা ওসিদি বাবাগী ঈন অসি পুরগা তুরেলদা ঙা ফাবা তম্লু রিবনি।" মমানা থবাক ফংদুনা "ইসঃ ইমাগী ইবুংঙো নহাকপু তুরেল কূমত্তনা ঈন হুন্দুনা ঙা ফাবা তম্লু-রিবনিকো ! কদাই ইচানা ফাবা ওাদি ??" পাখং অদুনা মমাগী ৱাসি তারগা ওসাই থোকখিবা থৌদোকশিংদু অমতা চীংথদনা মপা মমাদা লৌদুনা তাহল্লম্মী। মিপাই চাউবী মমানা মচাগী মপাউ তারগা—"ইমাগী ইবুংঙো, নহাকপু য়ুমদগী চংথোক্কনা লেঙদনা লৈরম্মু হায়না শান্নরম্বদি নপুন্সিদা ঙসিনা অহানবা ওইনা নথন্তা য়ুমদগী থোক্লগা তুরেলদা ঈন হুন্দুনা লকহৈদবা ঙা ওইরিব্রা, লাই ওইরিব্রম্ত খঙদবা মখোল থোকপা থরাক অনী ঈনদা লক্কুনা থেংনরুই হায়বসিবু অকৎগী খুদমনি খল্লিবরনে ? মী লৈঙদবা ঐখোয়-গীদি য়ুমদগী চথোক্কবনা ঠক ফে হায়দুনা নওবু য়ুমদগী হেন্দোকহন্দ্রিবদু অসিননি" অসুম্না নীংশা থীদুনা হায়রকপদু তাবদগী মচা মুপানা খুল্লম্মী —"হোঃ ইমা, করি অমতা হেক নীংশা থীবীগনু। ওসি ঐনা থেংনরিবদু অশেংবমক্কী ঙান্না, লাইরা হায়বদু চাংদাংবা অমা শঙননবা নচাদি থিরুখিবা ত্রি।

মসিগী তাংদাংবা হেক খঙদ্রিমখৈ ঐহাক য়ুমদা হল্লকখিরোই। হয়েং অয়ুক অঙনবদা নচা ঐহাক খোঙশানখ্রগে হায়না পুক্নিংদা লেপ্লে। অতুনা ইমা অমম্বুং বাবানা চ।নবীদুনা নচাগী মঙ্গোল ওইক্লনবা ডুব্রাহ তৌবীয়ু।”

মচাগী ব্রাডু তাবদে খম্মন চাউবী মমাদি পাখংতুনা মথবাক্ত খুডুমনা শুজদুনা মচাবু খাম্নবা লাউরকই— “করি ব্রানো ইবুংঙো! নপোকচৈগী থোঙ্গাল ব্রাংমা লাল্লক্তরিবা, লংফৈ করিনো খঙদ্রিবা, মীরক তিন্দ্রিবা নহাক্না ঙসি নোংমদং হেক্তা তুরেলদা ঈন হুল্লুরগা থরাক অনীনা নোকপগী অর্থ হিবা চংকনি হায়রসিব ওইথোকপা য়ারিব্রা? ইমাগী ইবুংঙো, নহাক চংখিবা য়ারোই। য়েংঙু, ঐখোয় অহুমদা তরক তমক লেঞ্জবা পুন্সিনিদো! নহাক্না লংফৈ চংখ্রগা নশক উদনা ঐখোয়তা লৈহৌবা ঙম্লোই” অসুম্না ফনা কন্না য়েংতুনা মচাবু খাম্নবা হোংনৈ। মমৈথংদা মচাগী চক্রিদা খাঙবা ঙমদদুনা মপা-মমা অনীডু কপ্পা-কপ্পা মচাবু লংফৈ চংহনবদা মতাখে।

পাখং অতুনা য়াম্না নোল্লুকনা মপা-মমাদগী স্বপ্নগী পোংলম অহুমদং পীবীয়ু হায়না নিজরম্মী— পোংলম অহুম-দুদি—১॥ খোঙঙুপ জুরা অমা, ২॥ খুরুম জুরা অমা অমম্বুং ৩॥ য়েম্পাক অমা অসিনি। পোংলম অহুমসি মমা-মপানম্বু পীগনি হায়না য়াবীরে। অসিগী মথক্তা মমানা মচা কৌবনিনা নুংশিদুনা তল ময়োম অমম্বু মচানা লম্বী-

লমথাঙদা চাক লাম্লকপদা চারুননবা য়োম্বীগনি হায়রে। অসুম্না পাখং অদু মপূক্লিং নুংঙাইনা নোং ঙানবা ঙাইদুনা অহিংদু চহী চুপ্পা অমগা শাংবা মান্নরবোই খন্দুনা লেল্লম্মী।

নোং হেক ঙাম্হোরকপগা পাখং অদুনা য়াহৌরকপদা মমা হনুবীদুনা মচানা চাখিনবা চাক থোংদুনা থৌরাং লোই-রম্লে। মপানে মমানে মচানে মখোয় অহুম্মক অংুক অঙনবদুদা চাক চারা অদুমা হরাও-হরাও পূন্না চামিন্নরে। মমানা য়োম্বীবা পোৎয়োম অদু পুরগা পাখং অদু লংফেগীদমক ভুরেল অচৌবগী তোর্বানদা মমায় মখা ওন্দুনা ময়ুমদগী খোঙশাল্লক্লে। মচানা চৎখিবা মায়কৈ য়েংঙ-য়েংঙদুনা হনুবা হনুবী অনীদু মমীত্তগী মপীদু ফিজিনা তৈথোক-তৈথোকতুনা ময়ুমদা হনজিল্লকই। অসুন্না শূরম-চৎলম, ভূফম-চাফম খঙদনা মচাগী ৱাখলদা লেনবা হৌরক্লে।

অসোমদা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদদু হনুবা হনুবী অনীখক্তী অমত্তা পোকচবী মচা নুপী লৈশাবী অমখক লৈজবোইরে। হন্দক অকোনবগী হনুবা হনুবী অনীসিদু অহানবগী হনুবা হনুবী অনীদুগা ৱাখল, বুদ্ধি, লৌশিং চপ হেক মান্নে, করি অমত্তা খেন্নদে। খেন্নরিবা হায়ববু— অহানবগী হনুবা হনুবী অনীদু-গীনা মচানুপা পোকপগী অমসুং পাখং ফাজিল্লকপগী ৱাখল অদুগা অকোনবগী হনুবা হনুবী অনীসিগীনা— মচা নিংঙোল পোকপগী অমসুং লৈশাবী ফাজিল্লকপগী অৱাবা ৱাখল অসিনি।

মরম অসিনা অকোনবগী হনুবা হনুবী অনীসিমু মচা মুপীদু লৈশাবা কারবদু ফাওবা মখোয়গী ইংখোলগী সিমানাদগী খোঙ্কাপ অমফাওবা হেন্দোকহন্দবমখৈ য়ুমলোম্নবশিংগী ইংখোল সিমানাদা খক লানশিনহল্লদে। "তশ্না মীরক তিল্লবদি মচা নুপীদু লৈশাবী ফারক্লবনিনা থেংনউনকবা কনাগুম্বশিংনা কল্লক-মীহৌ চঙদ্না, হনুবা হনুবীগী মচানি, কনা লৈতে থন্দুনা, লৈকাই-মীনোক চঙদ্না পাউথোকপীবমু য়াই" অমুম্না থনবদগী মচা নুপীদবু কুমগী হয়াও-কুম্মে থোক্লকপা অমদি লুহোং-কৈহোংবনচিংবা থৌদোকশিং ফাওবা কৈরোই-লৈকাইগা চৎন-থোক্লা তোইনদে।

শাহৌ ফবী নুপীগী মপোক্লি। শম্মিদা হৌবা হঙ্গাম পাম্বীগুম নোংমা নোংমগী অসুম অসুম মপূং-মরৈ ফারক্লনা লৈশাবী শরীগী থাক হায়বদ য়োশিল্লকলে। নোংমা মুংদাং অথেঙবদা হনুবা হনুবী অনীদ ফমূংদা হিপ্লা হিপ্লা য়াম্না চিক্লা রারী অমা শাননৈ। হনুবনা হায়রকই—"তারিব্রা মমা! ইচানুপী থম্বালসে চাউরে। শারেপ তাল্লে। মপূং-মরৈ ফারে। য়ুমলেপচার তশ্না মতম হেন্দোকখিদোরে। নিংঙোলনা মপা-মমাগী য়ুমদা কুইনা মযুম-মকৈ পান্দনা লৈবা হায়বসে লেমজনিংঙাই মশক নত্তে। মসি-মপা-মমা ওইবা ঐখোয়গীসু খ্বাইদগী লাইবক থীবনি! করম তৌসি হায়বগে?"

হনুবগী ৱাসি তাবদে হনুবীনা খুম্লকই—"হোই চুম্মী।

করিগুম্বা ঐখোয় অনীনা শিখিবা থোক্লবদি— করম্বা নুপীমচা মথন্তা লৈহৌগনি ? অদুনা ইয়া নুপা ওইগদৌবা নতৈ চাবা বর অমতংদি পাম্মী।" হনুবদুনা ফাগি ওইনা —"এহঃ মী খুাইগীদি মমানা মখূৎ চাবা ময়া নুপা থল্লি হায়নৈ। ঐখোয়গীদি হৈবু-হৈতব্রা ?" অসুম্বা হায়রকপদা হনুবাদু ফি-ফি কান্নমখৈ শাউনা ঙাংথরকই— "হোঃ নুপা নঙবু অমুক্তদি ভাব তাখো কৈদৌগে ? য়েঙোই, লৈবাক খুাইগীদি মমানা ময়া নুপা চৎখোনবা খল্লিবদু মচা নুপীদুবু খোইদাজবা পাখংনা ফকথা-ফিদাবা ঙমদবমখৈ কৈথেল কাররবা মতম অদুদা পূম্নমক্তগী মতিক মগুণ লৈবা মীতাদু থম্নে। ঐখোয় ইচানুপীগীদি নোংমতবু পাখং অমতা নহাক্কী ইংখোনসি ভূবৎ শম্লদে। অসিদবু ঐনা করম্বা হৈ-শিংবা শাদুনা ইয়ানুপা 'খূংচাবা থনগদৌরিনো ? 'সুম তৌবসি ঐখোয়গীদিমপা নহাক্না লৈবাক কোয়না চৎলগা নপূক্লিংনা খোইদাবা, নমোম্বা পামজবা পাখং অমতং থিরগা হেক পুরক্লো" হায়রে।

হনুবসু মহৌশাদৌনা হনুবীগা মরি য়েংনগদৈ শরুক হেক্তা শমজিল্লে— "ফরে, অদুদি ঐহাক হয়েংদগী য়ুম থাদোক্তুনা লৈবাক কোয়না চংলগা ইমাক নুপা থিরুবা তারে। ফংদ্রিমখৈ ঐহাক য়ুমদা হল্লক্করোই।" হনুবীসু হরাউনা য়ারে। নোংহেক ঙানবগা অয়ুক অদুদা মখোয় মপা-মচা অহুম্মক চাকঙন চামিম্মরগা হনুবদু লংফৈ চংননবা শেম-

শারম্মী। খোঙশাল্লমদাইদা হনুবনা মমা মচা অনীমক্তা লোম্না পাউমেল্লম্মী— "ঐ লৈত্রিবৈদা নখোয় নমা-নচা অনীমকনা ঐহাক লৈতে হায়বসি কৈরোই-লৈকাইগী কনাগুম্বা অমদা হায়দোকনুকো।" অসুম্না হনুবদু মমাক মুপা থিরুনি হায়দুনা লৈবাক কোয়না চংখিরম্মী।

অসোমদা করম তৌরি—লৈন্রে থরাক অনীনা নোকপগী অর্থ থিরুগনি হায়দুনা চংখিবা পাখং অদুসু ময়ুমদগী থোক-লকপা নুমিৎ ৫/৬ নি শুর-ফাওবা করিগুম্বা লংলা-লংজিল অমতসু থিবা খঙদনা তুরেল অচৌবদুগী তোর্বালগী শোরোক মরীল ইন্না চংলি। চাক হেক লাম্লকপগা মমানা য়োম্বীখিবা তল ময়োমদুদগী তল মচেৎ অমা শেংলগা চারম্মী।

মমাক মুপা থিরুগনি চংখিবা হনুবদুসু নুমিৎ ৫/৬ নি শুজিল্লকলবফাওবা মপূক্লিংনা খোয়দাবা মমাক মুপা ওইবা য়াবা পাখং অমতা থেংনদবদগী মমায় অরাং পাংনা লেপ্তনা লাক্লম্মী। নোংমদি অসুম থোকউ হায়দুনা হনুবদুনা লম্বী-লমশাং লাকপগী মশাদু চোকথরদুনা পোত্থারিবৈদা ঙসাইগী পাখংদু লাকপা উরে। হনুবনা খল্লি— "ইসঃ ঐনা ঙসি ৫/৬ নিরোম হেল্লকাওবা য়ুম থাদোক্লনা লাকপসিদা ইমাক মুপা ওইবা য়াবা মীওই অমতা থেংনরক্তে। হৌজিক ইমাঙদা লাক্লিবা পাখং অসিতদি থরখিং মীওই মীতৌ, চুং-ফিরাল চাবগুম্মীসে! করে, লাইবক্তা তম্বা অমা লৈজরম্লনি!

ইমাক নুপা। ওইননবা মসিগী পাখংসিংদুম খুমদা পুবা য়ানবা থেমদুনা হেক্তা ময়েংলগে !"

পাখং অদুনা হনুবদুগী মনাক য়ৌরকপদা হনুবদুনা হায়রকই—হোঃ ইবুংঙো, নঙোন্দা খুরা বা অমতা হংজগে ?" পাখং অদুনা ইং-তপ্না খুল্লকই— "খুরা, হংবীয় য়াগনি।" অসুম্না হনুবদুগা পাখংদুগা রারী রাতাই ঙৈহাক শানরে। মামং মথা লৈফমনচিংবা হংনরবা মতুংদা হনুবদুনা কুবুদ্ধি অমা তৌদুনা থেন্নগা পাখং অদুবু ময়ুমদা পুরক্লে ॥

লম্বীদা নুমিৎ থরনি পুল্লপ্না লাকমিন্নবদুদা হনুবদুনা পাখং অসিগী তোপ তোপ্না, থ্বায়গা মান্নদবা শাজং কয়া মথং মথং উরক্লে। লম্বীদা মখোয় অনীনা অসুম লাকমিন-নবদা তু খোং কয়া লৈরম্বদা মদু লাম্হোকপদা মাগী পোৎ-য়োম মনূংদগী খুকম জুরাদু লৌথোক্লগা তোংশিল্লি। কংফাল য়ৌবগা মাগী খুকুম জুরাদু অমুক হন্না পোৎয়োম মনূংদা হাপচিল্লি। লৈখোম-লৈনাং থোকপা, পুখ্রবা পাৎ কোমগুম্বা থেংনরগা লাম্হোক্লমদাইদা পোৎয়োম মনূংদগী মাগী খোঙচুপ জুরাদু লৌথোকতুনা উপশিল্লগা লাম্হোকই। কংফাল হেক য়ৌবগা খোঙচুপ জুরাদু পোৎয়োম মনূংদা অমুকা হাপ-চিল্লি। নুংশা য়াম্না শারে ঙৈহাক্তা পোথাখিসি হায়নদুনা উরুমদা চঙদুনা পোথারিঙৈ মতমদা মাগী য়েম্পাক অদু মকোক্তা উপশিল্লি। চংলসি হায়রদুনা উরুমদগী হৌগৎতুনা

নুংশা মরক্তা চংপা মতমদা মকোক্তগী য়েম্প্যাক অদু লৌ-থোক্লগা মখূংনা পায়দুনা পুরম্মী।

হনুবদুনা মযুম য়োরমদাইদা লম্বী ময়াদা লৈবা মাগী লৌকম অদুদা মখূদোম্বী থিল্লগা—"মসি ঐগী লৌনি। পরী অমা খরা হেল্লি, য়াম্না ফখ্রবা ফোথোক লৈবা লৌফম্নি। ঈথৈ-লৌথোও মতিক চানা কংডি! কুম কাংবা লৌকম নত্তে। চহী খুদিংগী ফোপোৎ চাম্মা থোকই" হায়রম্মী। মদু তারগা পাখং অদুনা হংড্রি— "অচা-লৌরা, চাদা-লৌরা?" হনুবদু হুওক-ওক্তুনা খুম্ফম খণ্ডখিদ্রে।

মযুম য়োশিল্লকপদা হনুবদুনা হায়রম্মী— "ঐগী যুমসি শেল য়াম্না চণ্ডনা ফজনা শাখ্রবনি। ঐখোয়গী মায়কৈ অসোমদদি ঐগী য়ুমশাসিগা চাংদম্নবা য়াবা লৈত্রিবনি!" হন্দকসু হনুবগী ৰাসি তারগা শোম্থাংননা খুম্মী— "শেল য়াম্না চণ্ডনা ফজনা শারেদি হায়ববু যুম অসি মনাতোন্দি পান্দে!" মাবু করেম-কথাইনরিমাল্লে খন্দুনা হনুবগী শাউ-নিংবা পন্দোল লোমলে। অদুবু, মযুমদা চংলুসি হায়না থেমদুনা পুরক্লগা অপীবা ৰাহৈনা চৈ-থাংবদি ফজদ্রে খল্লদুনা তুমিন্না লৈথোক্লে। নুংদাংগী চাক-চাবা মতমদসু পাখং অদুনা হায়রকই—"ঐদি ইমা হনুবীগা চাকলুক তিন্নদুনা চামিন্নগনি।" হনুবদু মখোয়-মরীন থীংনা শাউরে। পাখংদুবু ফুনিংবনা মখূং-মশা থেকতুনা খাণ্ডলে। তাম্লোকখিবা য়াদবদগী অহিংদুমা খাণ্ডদুনা লেনশিল্লে।

নোং ঙাল্লগা অয়ুক অঙনবদা পাখং অদুনা হনুবদুদা—"খুরা, ঐহাক চৎচরগে" হায়দুনা থৌরাংলকপদ্ হেক উবদা হনুবদ্সু তাঞ্জা চারে থল্লদ্না— "ফরে ফয়ে, চৎলো ইবুংঙো" হায়দুনা তান্দে হায়বদা থাকই। পাখং অদু চৎখ্রে। হনুবীদুগা মচানুপী নৈশাবীদ্গা মমা-মচা অনামক্তি মপানা পাখং অমা থাজননবা পুশিল্লক্লে থন্দুনা য়াম্না হরাউজরম্লবনি। অসোমদা পাখং অদ্না চৎখ্রবা মতুংদা মমা হনুবীদ্না মপাদা হংলম্মী—"নহাক্কী নক্সাক মুপা অদ্দি চংখ্রব্রা ?" হনুবদ্না ইকাই-ইকাইনা মমায়-মমীৎ শূকথরদ্না— "ঐহাক্না চংহনখ্রে !" অসুম্না মপানা খুল্লকপসি তাবদা মচা মুপী নৈশাবীদ্না মপাদা য়েংলগা হংলকই—"কৈদোবগী চৎহনখ্রিবনো বাবা ?" মপানা তপলপনা খুমলকই — "আহ, ইবেম্মা মদুগী মুপাদো ছোনো চুবঙম তৌইদা! মথোং-হুকপা থবক অমতা তৌথোরক্তে। ইপাদি অহানবদা থঙহৌদ্রে।" হনুবগী বাসি তাবদা মমানা ফ্রং লাউনা শাউদ্না হায়দোরকই— "হোইনে, মুপা নত্তনা পুরকপা মীনবুদি কয়া য়াম্না মথোং হুকপা ওইরম্বা হৌনবগে ? অসুম্না মথোং মরম শঙদবা থবক ঙাক্তা পাং-থোক-পাংথোক্না অহল ওইশিল্লক্রবনি।"

হনুবীগী বাসি তাবদে হনুবদ্সু ফি-ফি কাম্বমথে শাউনা—"নোংমতা থেংনবা মীবু ঐদি করম্না থঙবা ঙমগদগে ?" মচানুপীনা য়াম্না চিংনবা অমগা লোয়নন্না মপাদা হংজে—

"পাবা, নুপাচুবু ছোনো চুই, মথোং-হুক্কবা থবক ঙাক্তা তৌই হায়বসিবু করম তৌবা জাংনো ?" মপানা হায়রকই— "ইবেম্মা, মচুগী মীওইচু ওন্থোকপা মী হায়বচুনি। ইপাদি নুপাচুদা ইচাবু থাজনিংদেনহে।" মচানুপীচু য়াম্না লাংতক্না হংলকই— "নুপাচুবু কৈদোবগে ?" মপানা খুম্মী—"ইবেম্মা মদুগী নুপাদো মী শুাইগা মান্নদে। মরম্নাই থোকপা অমা হেক্তা তৌই···।" অসি হায়দুনা হনুবদুনা পাখং অদুগা লাকমিন্নবদা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক অমত্তা চীথদনা মচানুপীদা তমলে। অদুদগী মপানা তরোইবদা হায়— "ইবেম্মা মদুগী নুপাদো য়াম্না পঙডি। অদুনা ইপাদি মঙোন্দা ইচাবু থাজবা পামদবদগী চংহনখিবনি।"

মপাগী ৱাশিংসি তারগা ঙৈহাক ৱাখল খল্লগা মচানুপীনা মপাদা নোল্লুক্না হায়জরকই— "পাবা, মদুগী নুপাদু অশেংবদি য়াম্না পঙবা অমত্তুং নাতৈ চাদবা মীশক হায়বদু নত্তে। মহাক অদু মপা নৈতনা বুদ্ধি-লৌশিং চঙখোনবা নুপানি। মদুবু, মাগী নি হায়বা মরী-মত্তা অমত্তা লৈতে হায়বদি তাকই।" মপা-মমা অনীদু ঙুক-ঙুক্না হংডি— "নঙদি করম্না খঙ্ভিবনো ?"

মচা নুপীনা, চৌংলেম্না পাউখুম পীরকই— "পাবা, মতুগী মরম য়াম্না লৈখে ঐ মথং-মথং হায়জরক্কে। ইহানহানবদা নুপাচুনা ঈশিংদা কুম্নদা খুকম উপ্লিবচুগী মরমদি—

ঈশিং মনুংদা করিগুম্বা লিক্লি মচেং-মকায়নচিংবা লৈরম্বা থোক্লবদি— মখোওদা খায়বা, য়াৎপনচিংবা থোক্লবদি য়াম্না খুদোং চারোই খন্দুনা শোয়দনবা খুক্লম উপ্লিবনি। অনীশুবদা লৈখোম-লৈনাং থোকপা পাৎ-কোমনচিংবা লান্দুনা চৎপদা মখোওদা থোওওুপ উপ্লিবত্তুগী মরমদি অসি ওইগনি—পাৎ-কোমগী লৈখোম-লৈনাং মরক্তা করিগুম্বা চৈতেক-শীংনাং, তিম্বংনচিংবা মচিন-তূম্বা, শোকলু-থেংলুবদা হূ কাগনবা পোৎশকশিং লৈরমত্তুনা মখোওদা য়ূখিবা থোক্লবদি মীরোল শুজদবা মাগীদি অৱাবনি খন্দুনা মখোওদা য়ূদনবা হায়ত্তুনা লৈখোম-লৈনাংদা কূমত্তুনা চৎপদা থোওওুপ উপ্লিবা ওইরম-গনি। অহুমশুবদা উরুমদা পোখাবদা মকোক্তা য়েম্পাক তূপ্পগী মরমস্তু মহাক্লা উখোওদা ফমত্তুনা পোৎথাব্রিৱৈদা করিগুম্বা উথক্তগী উশা অকংবা পোক-তেকত্তুনা হেক তারক-লবদি চেল্বোকপা নংহৌদ্রবস্তু মকোক অত্তুতদি শোক্তনবা হায়ত্তুনা মকোক্তা য়েম্পাক অত্তু তূপ্পা ওইরিনি !

মরীশুবদা মহাক্লা পাবদা— 'অচা-লৌরা, চাদ-লৌরা' হংঙিবত্তুস্তু ঐখোয়-ইশাগী (নিজা) লৌরা ; মীগী অশানবরা হংঙিবনি। মথংদা ঐখোয়গী য়ুম অসি মনাতোন পান্দে হায়রিবত্তু চুম্মীনে। "মপা হনুবত্তু য়াম্না ওকপগা লোইননা মচা নুপীদা হংঙি—"হবেম্মা, মত্তুগী অর্থনা করি হায়রিবনো ?" মচা নুপীত্তু থৌনা ফনা খুম্নকই— হোঃ পাবা ঐখোয়গী য়ুম

অসি শেল ফনা চণ্ডনদি শারে হায়বব্‌ য়ুম অসিগী মনাতোন ওইগদৌরিবা মমাও শঙ্গোই য়াওদে হায়রিবনি। অদুদগী নুংদাং চাক চাবদা মহাক্না ইমাগা চাক তিন্নদুনা চামিন্নগে হায়রিবদুসু ময়ুমদদি মমা-মচা য়াঃ। নুংশিনজে। চাকলুক অমদা তিন্নদুনা চামিন্নে। ঐখোয়গী য়ুমসিদসু ঐখোয় ইমা-সিবু মমাগুম্না নুংশিজে। অদুনা ইমাগা চাক তিন্নদুনা চামিন্নগে। অদু ওইরবদি ঐখোয় ইমানসু মহাকপু মচা-মমাকুম্না লুনা-চান্না নুংশিবীগনি থন্দুনা হায়জরিবা ওইরমগনি।"

অসুম্না মচা নুপী লৈশাবী অসিগী হৈ-শিংবা, বুদ্ধি লৌশিং অসি উবদা হন্নুবা হন্নুবী অনীদু ওকপগী ওমখৈ নাইখিদ্রে। হন্নুবীনা হন্নুববু অমুকসু শ,উরে। নুমিৎ ৫/৬ নি লৈবাক কোয়না চৎতুনা থিরুরগা ফংলক্লবা পাথং অদুগী মতিক-মগুণ করি অমতা হেক খওদবমখৈ ইমুংগী মীগা বা ভান্নরমদনা মথন্তগী খুছিনা হেক্না চৎহনখি, হৌজিক অমুক হন্না চৎলগা পাথং অদু থিরকউখো হায়রম্মী। হন্নুবদুসু শাউমনখিবদগী কনাগী মফী কন্থোকতুনা হোৌগৎখ্রগা—"তানীংদে চৎথোকখো, নহালদি ঐখোয়গী ইচানুপীগীদি নোংমতংবু পাথং অমতা ইংখোনসি তুবং শন্নদে হায়বদাই— হৌজিক পাথং অমা পুবীরক্লগা নমাওদা থন্নরবা, অমহিকসু পাথংদুগা ফাওবা চাকলুক তিন্নদুনা চামিন্নরবা তদুদবু পাৎংদুনা চৎলগে হায়রিবদু নহাক্না নয়া লোইবা হৈজদবা নত্রিব্রা?" অসুম্না

হন্নুবা হন্নুবী অনীমক্ মহৈ-মহৈ ক্বক-ক্বক ইম্নবদা থূং থোক্লদে হায়বদা থাক্লে।

মমৈথংদা মচা নুপী লৌশিং চাউরী থম্বালনা বাতেম্শিল্লকই। মপা মমাবু নখোয় অনীমক করি অমতা থৎনবীরগনু, ঐ হৌজিকমক চৎতুনা নুপাদু য়ুমসিদা অমুক হল্লকনবা থোরাং অমা তৌরুবগে হায়রম্লগা ময়ুমদগী ফৎ থোক্তুনা চৎখ্রে।

অসোমদা পাথংদুনা চৎখিবা অদুদ চুমদ্রিং তুরেল অচৌবগী তোর্বাল মরীন্দনি। লৈশাবীদুনা লৌবুক্তা লমশম চৎতুনা পাথং অদুনা লাকদবা লম্বীদা হাম্না থুংলগা য়াম্না থুনা শোরোক ময়ায়দা শম্বু অমসুং উখি-বায়থিনা য়োমশিল্লগা মদুগী ময়ায়দা থম্বাল অমা শাৎহল্লম্মী। পাথংদুনা অসুম লাকপদা মহাক্না অহিং য়াইরেকলুবা ইমুং হনুবা-হনুবী অনীদুগী অমতা পোকপনি হায়বী মচা নুপী লৈশাবীদুনা মহাক্কী মমাংদা শোরোক ময়ায়দা ঙৈহাক লেপ্তুনা মাবু হায়ফেৎ য়েংলমলগা প্রপ-প্রপ হন্দুনা চৎথিবদু হেক উবদা পূমংক-কখ্রে। মপূক্লিংদা লাংতক্লবা অমগা লোয়ননা মওল মওল খন্দুনা লাকপদা লৈশাবীদুনা ঙসাই লেপলম্বা মফমদু হেক য়োরকপদদি মহাকনা শেম শাদুনা থমলম্বা পোৎশিংদো হেক উরে। নুপীদুনা থমলম্বা পোৎশকশিংদু উরুবদগীদি অমুক্তা মওল-মওল খনবা হৌরক্লে। ফনা কুইনা খল্লবগী তুংদা লৈশাবীদুনা থমলমলিবা খুদমশিংদুগী মনুংগী অর্থ মহাকনা

লোয়ননা থওলে। শস্থীনা ইকোয়-কোয়শিনবগী অর্থদি মুপী-মচাতুগী মপাতুদি ষগগুম্বনি! অপঙবনি। মথংদা উৎথী-ৰাইথিনা য়োমশিনবগী অর্থদি—মহাক্কী মমাতুম্মু ভাব-মেন তাদবী, মফম মৰাং, ঈঙ্গিং থওদবীনি। ময়ায় চবুক্তা থম্বাল অমা শাৎহল্লিবতুগী অর্থনা— অসিগুম্বা ইপা-ইমা অনীনা নাউকোনবা মচা মুপী লৈশাবী থম্বাল কোবীনি ঐহাক হায়বগী খুদম ওইরম্লে।

পাখং অতু মপূক্লিংতু ইলাঙ-লাঙলে, লৈতাকম থওদ্রে। খল্লি— ফরে, অমুক্তদি ঐহাক ইমুংতুদা হঙ্গিন্দুনা মখোয়গী ফিভম য়েংলুখিগে। হোই, থোকঅবা অমা লাক্লুচনি খন্দুনা লৈশাবীতুগী ময়ুম তম্বা অমুক হল্লকলে। মহাক্কা থোঙ্গাল হেক লীৎশীল্লকপদা ঙসাইগী লৈশাবী (থম্বাল) তু মাঙ্গোলগী উখোক্লেন্দা ঙাতুনা পাখং অতুবু ঙাইরম্বা ওইনা লেপ্লম্মী।

অনীমক মীৎক-মীৎকা মীৎচাম্নে। নোকমি-নোক-মিনবা মতোতু উরুবদগী ঙসাইমখৈ থোঙজিন মরুমদা লোম্না য়েংমিম্নরম্বা হনুবা হনুবী অনীতুম্মু নোকনিংলকপদা খাওবা ঙমদতুনা হৌনা ফাক-ফাক নোকথোক্লম্লগা ইমুংদা চেনশীম্নখি। পাখং অতুদি মাঙ্গোলদা কাখৎলগে থৌরাংলিঙৈ তাঙ্গাদা হনুবা হনুবী অনীগী থৌদোতু শেংনা উহৌরে।

খুদক অতুদা থংনীং নিংশীংলকই— "নহাল ঐগী ঈনদা থাজদনা য়াওরকখিবা লেৈম্লে থরাক অনীতুনা হোৌনা নোক্লম্লগা ঈনদগী ঈশিংদা চোংথখিবদুগী অথদি— ঙসিগী অসিগুম্বা ইবাননিগী তাঙ্গাদা থওইনা ইবান্নিগী ইতৌ য়েংলম্লগা নোক্না চেনশিনখিবা হনুবা হনুবী অনীসি ওইবা তারে।" অসুম্বা জারুল্লাহনা মেহরুল্লাহদা মহাক্কী ৱারীসি লাউদুনা তাহল্লবগী তুংদদি মবান্নিমক [illegible] অমুক চান্নখে। *




[illegible]নবক্চন্নবনিনা
ঙসি[illegible] মতাং 'শীরাইদা পোথারসি
মথংদা মখোয় অনীগী মথা চথরকপা
অনোবা থোৌদোক শিংদু ঙাইবীয়ু !

## অইবগী ফোঙখ্রবা:

১। নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ
( ঈশৈ-শৈরেং )
১৯৭৭

২। য়াথং
( সমাজিক উপন্যাস )
১৯৭৮

৩। নুংশা লৈমা থোরক্লো
( শৈরেং )
১৯৭৯

৪। নোংঙাল্লমদাই শজিক
( সমাজিক উপন্যাস : অহানবা শরুক )
১৯৮১

## অথং দা ফোঙলগাদবা:

[ হান্নগী বারী পরীংদা মথা চংখরকপা ]

১। নোংঙাল্লমদাই শজিক
অমস্তুং

২। জারুল্লাহ